*Publisher* ,— **O. BHOGESWAR**

LOINA SHINLON—Ancient rules & regulations and etiquettes of the common people of Manipur.




অহানবা নম্বা ১৯৬৭

কোপি—১০০০

অনীশুবা নম্বা ১৯৮৭

কোপি—৬০০



মমল লুপা ১০'০০

মখম—দি ফ্রেণ্ডস্ ইউনিয়ন প্রেস, ইম্ফাল।

# ৱাম্মাং য়ানবা

শ্রীভোগেশ্বর সিংহনা সম্পাদন তৌবা "লোয়্ন-শিল্লোন্" মকোক্কী লোইবা ফাউবা শিং-শিংনা পাজরে। লাইরিক অসি মতম কুইনা মৈতৈ-চেদা মৈতৈ ময়েক্না ইহন্না মৈতৈ পণ্ডিত্ শিংগী লূবাক মনুংদা লৈরুরবা অহুগুম্বা লাইরিক্নি। লাইরিক অসিদা লৈম্মা নিংথৌগী শিল্লোন্, অঙম অথৌশিংগী থোগল্লোন, পুর্ম্না নোংথোর; লাকপা মরি অমসুং ফমথৌ ছুমফুমরিগী শিল্লোন, ৱায়েন শিল্লোম্, শিন্নাইবগী শিল্লোন, নিংথেমনুবীশিংগী শিল্লোন, অসিনচিংবা মশিল ইরি। নিংথৌরোন মথং মথংগী ( নিংথৌ খুদিংগী হাকথক্কুদি নত্তে ) মশিন অম্মম ইরকপনা মৈদিংঙু চিংথংখোম্বা ( ভাগ্যচন্দ্র ) সনা হাকথক্লা থৌরম মশীং হাপ্না ইখিবা অহুগুম্বা শিল্লোন লাইরিক্নি। লাইরিক অসি পিকচরবস্থ ইচম চম্বা লাইরিক নত্তে। মৈতৈ ইজাতিগী মমল য়াম্নবা ইরম্নি। লাইরিক অসি ছাপা তৌহনা পুথোকপিরকপা অসিনা মতম মত্তমগী মশিন অমসুং থৌগল্লোন খঙনিংবা মীশিংগী, থোইদোক্না রিসার্চ্চ তৌরিবা মীশিংগী কান্নবা ওইগনি। শ্রীভোগেশ্বরসিংহ সাহিত্য সেবা তৌজরিবা মীশক অমনি। খ্বাইনা শক খঙবিরবনি। মহাক্কী 'নিংথৌরোন শৈরেং' লৈবাক মাংদা লাম্থোকখ্রবনি। সাহিত্য-সেবী অসিদগী ঐথোয়না আশা তৌরি। মথং মথং অসিগুম্বা লাইরিক পুথোকপিরক্কুনা মৈতৈ সাহিত্যগী পুক্কে থম্নবা হোৎনরক্কনি।

থাংমৈবন্দ
তাং ৪। ৫। ৩৭ ইং।

রাজকুমার শ্রীস্নাহল সিংহ
বি-কোম্।

# ৱারোন খন্নদং

মীওইবা জাতি, কাংলুপ নাইনা পুন্না হিংমিন্নবা পাম্বা জাতিনি। এলহৌভেদগী মীওইবা জাতিনা সভ্যতা ফংলকপা মতমদগী মাগী মাগী ফুরুপ নাইদুনা পুন্না হিংমিন্নরকলি। তুংদম্ভু হিংমিন্নখিগনি তৌইগুম্বস্তুং অশীল অরাং থৌবু নাইদুনা পুন্না. হিংমিন্নবনা মীওইবগী পুক্লিংবু অমক্তা ওইনবা থৌরিনা লাকশিনবা থোইদোক্লা অরাবগী মশক্নি। মরম অসিনা চহি চা কয়াগী মমাংদগী মৈতৈ ইজাতিসিগী লাইগুম্লবা ইপা ইপুশিংনা মকোক থোংবা ৱায়েল থৌদা পিবা ঙম্বা মতিক মথৌনা লৈবা নিংথৌ অমা থম্লগা নিংথৌ অদুগী লৌশিং চাউবা মচা মনাই পুন্না খন্নদুনা চৎনবি থৌরম, থৌগন, মশিল, মথৌ, মঙম পুম্বা মচা থায়দোক্নুনা মশাবু মশানা ঙাকচনবা থৌরম কয়া শীঞ্জরমই। অসিগুম্বা থৌশীলনা মীওইববু অরানবা লম্বীদগী ঙাকশেল্লি, মাসিবু লোয়ন-শিন্নোন হায়বা মিংথোন্দুনা চৎনবি অমগী মখাদা লৈত্তাকলোন ওইনা ইদুনা থম্বিরমই।

অসিগুম্বা চৎনবী লোয়ন-শিন্নোন অসিনা মতম কয়া কুইনা ইয়াইদা মথন্তা শাৎচবী থম্বালগুম অচিকপদা য়ানা খাঙলুররা! ঙসিদি ভারত মনিং তম্লে মৈতৈ লৈবাক মনিপুরন্থু নিংতম্বগী ঈথিলদা তাউজরবনা অশংবা অতিয়াদা

খরানমিচাক্ পিক্কা তনিক তনিক ঙানজবগুম পিক্লবা ইরৈবাক্কী ইপা ইপুশিংস্থ থোইনা নোপ্লক্তে হায়ছুনা মঙৈ নীক্লা নীক্কা মচা মশূশিঙ্গী লনগৈ, তাবূদগী চাইথরকলি ।

ঙসিদি তোল্লবনা ইপা ইপুশিংগী লনগৈ মনি মচেৎ অমা থুঞ্জরে। য়েংলুই, ঐ ইতোমতগী ইপোংলা! হন্না হন্না খল্লুই। ইপোং নংলমম্রে, ইজাতিগী অপুনবা, মরল অশেংবা ওইরম্লে। অদুগা নিংথৌ পাল্লিঙৈ মতমগী চংনরোল সংস্কৃতি অরেপ্পবু তৌরিবা লোয়্‌ন-শিল্লোন ঙসি ইজাতিগী থুত্তা লাম্থোকচরি। হরাউ ভরাম্না মোমোন নোক্না তোল্লবগী খূদোল লৌবিয়ু। অসিগুম্বা মমল য়াম্লবা ইপা ইপুশিংগী মরল অসি পুকচেল চাউরবা ইয়াম্বা শক্লবা ওক্রম নিত্যাই পণ্ডিতকী মফমদগী হরাউ হরাউ পিবিরক্নুনা মনিপুরী জাতিগী থুত্তা লাম্থোকচবা ঙল্লিবসে ইয়াম্বনা থোজাল ইরিক খিকপিবননি। মাসিগীদমক ঐহাক্না পুন্সিগী তৌবিমল থঙবা উচ্চরি।

অরোইবদা ঐনা অমুক পঞ্জনিংবদি লাইরিক অসি ছাপা নম্বগী মতাংদা শ্রীযুক্ত চিংঙাথম পিশক সিংহ এম, এ, প্রিন্সিপল্ মনিপুর কোলেজনা পুকচেল চাউবগা লোয়ননা য়াবমথৈ তেংবাং-বিখিবনা থবক অসি ঐনা পাংথোকচবা ঙমখিবনি নত্রবদি ওম্থোক্লা অরাবা পুঙমত্রবা ভার অমা ইকোক্তা নল্লমগনি। মাসিগীদমক ইপা শক্লবা ওঝাগী মফমদা পুন্সিগী লম্মন তোনখরে। অদুগা লাইরিক অসিদা মথাগী ফুট নোট পিবদা কৈদাগী

অর্থবু মীহাৎ মীপুম্বগী ওইনা ইখোকখ্রে মসি মিপানা চুপী শাবা নত্রগা ( নপুংশক ) ওইবদন্থু খঙবৈ অহুপা পুরষ লয়কোয়রবা মধৌ য়াঙ্গেনববু পোৎলোইবস্থু খঙবৈ। থোইদোকপা অমনা লাইরিক অসিগী মতিক মগুণ মন্থুং অসিদা ইরিবা পুম্বা ওসিগী সমাজনা থোইদোক্লা বারৌবিরোই নিঙবৈ মরমদি মাসিদা লৈরিবা বাহৈ বাতা পুম্নমক অসি ঐদি সম্পাদন তৌজবতনি, ঐনা অমুক হাপতোক হাপচিন ওয়বগী শক্তি লৈজদে। অহল লম্মন্না থম্বিরম্বহু ইয়াম্বা অসিনা পিনবিরকপা অহুমবৈখতবু সম্পাদন তৌরগা লৈবাক্লা কচ্ছবনি।

শ্রীভোগেশ্বর সিংহ
১। ৫। ৬৭ ইং

# য়াউফম তাকপা

হিরম — লামাই

| হিরম | লামাই |
|---|---|
| ১৫। মনা পীবগী মথৌ শিল্লোন .. | ৭ |
| ১৬। শা-ফাবগী মনা | ৭ |
| ১৭। শোক কুমশিং খৃঃ ৪২৯ গুবা মৈদিংঙু নাউফংবা মতমগী শিল্লোন | ৮ |
| ১৮। বায়েন শিল্লোন | ৯ |
| ১৯। লৈমা অঙম্বীশিংগী মিঙ্গৌ | ১০ |
| ২০। হাওরৈমাগী লোইহাথুন | ১০ |
| ২১। অঙৌপানবা নীয়াইবীগী শিল্লোন | ১০ |
| ২২। অরাম মুবীনা চঙফদবা | ১১ |
| ২৩। ইবেম্মশিংনা অনাশঙ কৃম্বা | ১১ |
| ২৪। লৈমা নিংথৌ খুরুম্বা চঙবা | ১১ |
| ২৫। মৈদিংঙুনা মপান্দা খোঙলেঙলবদা ইপীশিংগী শিল্লোন। | ১২ |
| ২৬। পামহৈবা মতমগী শিল্লোন | ১৪ |
| ২৭। ফম্নাইবা, অঙম অথৌ পুম্বগী থৌরম শীনবা | ১৪ |
| ২৮। নিংথৌগী সনা থৌগন তৌবদি | ১৫ |
| ২৯। হিদাক ফানবগী শিল্লোন মথৌ | ১৬ |
| ৩০। কারুংবিগী শিল্লোন মথৌ | ১৬ |
| ৩১। শিম্নাইবগী শিল্লোন মথৌ | ১৬ |
| ৩২। নিংথেমনুবীশিংগী শিল্লোন | ১৭ |
| ৩৩। মঙম পুবগী শিল্লোন অমদি | ১৮ |

| হিরম | লামাই |
|---|---|
| ৩৪। উরুংবগী শিল্লোন | ১৯ |
| ৩৫। কয়রোমবগী শিল্লোন | ১৯ |
| ৩৬। অয়েকপগী ,, | ২০ |
| ৩৭। খুংহৈবগী ,, | ২০ |
| ৩৮। মযাং হিশাবগী শিল্লোন | ২০ |
| ৩৯। শিন্নাইবা হুমাইলেনগী শিল্লোন | ২১ |
| ৪০। থাংশা পানাগী থৌগল ,, | ২১ |
| ৪১। থাঙশাবগী শিল্লোন্দি | ২২ |
| ৪২। ফৌরুংবা চবোনলুংবগী শিল্লোন | ২২ |
| ৪৩। পাংচগী লোয়ন থৌগল শিল্লোন | ২৩ |
| ৪৪। মাইবশও অহমগী শিল্লোন | ২৩ |
| ৪৫। হিরু হিনাউ শাবগী ,, | ২৫ |
| ৪৬। থোঙলোয়গী শিল্লোন | ২৬ |
| ৪৭। পনলুংবা মরোয়গী লোয়ন-শিল্লোন | ২৭ |
| ৪৮। তখেন পুংয়ৈবগী ,, | ২৭ |
| ৪৯। পা-না থাঙবগী ,, | ২৮ |
| ৫০। খোয়রুংবগী লোয়ন শিল্লোন | ২৮ |
| ৫১। কাংগী লোয়ন শিল্লোন | ২৮ |
| ৫২। কবো নিংথৌগী চাংকৎ | ২৯ |
| ৫৩। লৌরুংবগী শিল্লোন | ২৯ |
| ৫৪। লোকোক ইবশিংগী পোৎচা ... | ২৯ |

হিরম | লামাই
--- | ---

# লোয়্‌ন-শিন্‌লোন্‌



হয়ি হয়া হে লাইয়িংথৌ তাইবং পানবগী মপু, লৈমরেন শিদবী অনিমকপু হন্না হন্না থুরুমজরি। লাইয়িংথৌ নোংদা লাইরেন পাখংবদগী হৌনা নিংথৌ ৭ মক্তি খোইয়ুম মশানওয়ে। মৈদিংঙু নাউফংবদগী হৌনা নিংথৌ ৩৫ শুরকপা মৈদিংঙু চরাইরোংবা য়ৌনা মীপোং কৌনা ফাউজরকয়ে। চক অসিদা লাইখুন তিনখুন লাইরুপ তিল্লুপ, মীরুপ পোংলুপ, শিম্হোং খুম্হোং অসি থৈবিক কায়হন্দনা চঙনা চঙনা নিংথৌ নাউফংবনা য়াথং কোলোয় হায়রবৈগী মভুং ইন্না খোইয়ুম ৫ মানা লাইচাউ ৫ ওইদুনা তেংবানবা মপুনা হায়দোক্লকুনা লৈবাকী ফমথৌ নিংথৌ অঙম্বা অথৌবা শাচিং লানচিং খোংমী লানমী অয়াম্বা থৈবিক্লা লৈমা নিংথৌ অনিমকী থবাই ৫ মানা হয়াউনা মুংঙাইনা মরাং কায়না কুইনা শাংনা লৈবাক মরা চেংনা অহোং অচাউ থোক্লা শাথোং লাম্হোং থোক্লা থিংনা মাইকৈ ১০ মকপু খুত্তা থুমনা নিংথৌ অথোইবা লৈবাকী মপুরেন কৌনা তিম্হোং লাইথোং খঙনা থৌখল্লকপগী থৌখললোনবু হায়রকে। তাউও হে লাইনিংথৌ মিংথৌরেল অথোইবও!

শঙ্গাই, য়িমজাউ অনিমক্তা থনবদি মনুংগী য়োইবু য়োইহে নিংথেম মুবীনা থল্লে। অসিদি লাইগী থোঙনে লাইরূপ কৌয়ে।

লাইরূপকী থোগল

লাকতোন্দদি শঙ্গাই শেনবগা মুংফৈদা কানা ঙাইফৈয়ে।

1 লাকতোনগী

লাকথোংদদি লৈমা শেনবা, নিংথৌ শেনবা, চুলাইরোই, চুলাইপাবা, চোঙখানবা, য়িন-খানবা, পেনা খোংবা মখৈ অসি খৈবিক্লা ঙাইনৈয়ে। থোং ও মা অসিদি তিনখুন, লাইখুল, তিনথোং ৩ মক্লে। থোঙশঙদা চুঙ ফিরাল, পুং শেন, শগোল শামুনচিংবা থৌগন পুম্নমক্লা ঙাইনকতনে।

2 লাকথোংগী

দোলাই তোংলবদা দোলাই কোনজিল ৫ মক্তা দোলাইপাবনা থরৈয়ে। চিথেক, মাঙ অনিমক্তা অকন অথৌনা থনকতনে।

দোলাই তোংলবদা

শগোল তোংলবদা মাঙ-তুং অনিমক্তা শারুংবনা থনকতনে।

শগোল তোংলবদা

শামু তোংলবদা মাঙ-তুং অনিমক্তা শামু শেনবনা থনতকনে। পেনা লময়িন থৌথল্লে। নিংথৌনা লম থোকপগী লোয়্‌ন-শিন্নোনদি অসিনে থংও।

শামু তোংলবদা

১। লাকতোন=নিংথৌগী শঙ্গাই কাদা পাউ য়েনবা থংনবা কা।
২। লাকথোং=নিংথৌগী থৌগললোইশিংগী অহানবা পুনফম কা।

নিংথৌগী শিল্লোন

নিংথৌ ওইবনা তৌগদবা শিল্লোনদি হায়রকে তাউও নিংথৌদি পঙনা থোকফরোইয়ে। মাম্থু পঙনা হায়ফরোইয়ে। মাদি খন্না খন্না হায়গনি, নিংথৌনা হায়দোক্লকপা মা অহুবু লৈবাক্কী অঙম্বনা হৌগত্তু্না খুৎলোন্নবা ওক্কনি। মা অফবা ওইরবদি লৌগনি। ফত্তবা ওইরবদি হায়জগনি। পঙনা য়াফরোই খঙও। নিংথৌনা মাহে য়াথং হায়গদবা শিল্লোন্দি থা অমগী মন্নুংদা অমরক অনিরকতমা হায়গনি। নিংথৌনা কৌদনদি লৈবাক্কী অঙম অথৌ ফমথৌ পুন্নমক্না পঙন চঙফদে। কৌশিল্লগা চংকতনে খংও।

নিংথৌনা কুম্মৈ য়েংবা তারবদা তৌগদবা শিল্লোন

নিংথৌনা, কাংজৈ মুক্না শান্নবা করি করিগুম্বা তৌবা তারবস্থু হয়েংদি নিংথৌ শানথোক্কনি হায়রবদি য়োইবু য়োইহে নিংথেম মুবী পুন্নমানা লাক্কোন্দা মুংফৈদা শঙ্গাই শেনবদা হায়দোক্কনি। য়ারেকশংনা শঙপান্নবা খৈবিক্তা নংগী নংগী থোগন শোয়ফ-রোইদবনে হায়না পাউথাং হায়থোক্কতনে।

লৈমা নিংথৌগী শিল্লোন

লৈমা নিংথৌ অনিমক্কী য়োইবু য়োইহে পুন্না তিন্নবা লৈরিঙৈদা মন্নুংদা তৌগদবা লোয়্‌ন শিন্‌-লোন্‌গী মা হায়রকে। অহিংদি লৈমা নিংথৌ অনি-মক শঙ্গাইদা লৈগনি। নোংথিন্দি তু অমাম্বগীনে। অসি শোয়রবদি নাথাং হগ্গবী, হীরুশঙ হগ্গবী, লৈথোমশঙ হগ্গবী, য়েগ্রেন হনবী,

কৈক্রেন হনবী, ঙিরুংহনবী, ফৌরুংহনবী, ঙারুংহনবী অহুগা থুমজাউ রুংবী মাপলমা অসিনা য়ায়েল তৌগনি। লাল্লবদি ষন নাই য়াকোংয়ে। নিংথৌনা শিল্লোন অসি কায়রবদি ফত্তে। থৌরম য়ারম লোয়্‌ন শিন্‌লোন্‌ অসি থৈবিকপু কায়ফরোইদবা শোয়ফরোইদবনে থংও।

সনামহি, তমফা-সনা, ইবুংশিজগী মিঙ্গৌ শিল্লোন

হৌজিক্তি শিল্লোন অমা হায়রকে। মৈতৈ লৈমনা পোকপা শিজ অহুনা থুরাই লৈমা ওইরবা, থুরাই লৈমা অহুনা পোকপা অঙোম শিজ অহুনা অমরক মৈতৈ লৈমা ওইরগা পোক্লকপা মৈদিংঙ্‌ নাউদাবু নিপাদি সনা মহি কৌগনি। মুপী ওইরগা তমফা কৌগনি। অয়াম্বদি কৌফরোইয়ে। নিংথৌগী ঈ অয়াম্বদি সনা কৌগনি। তমফাগী ময়াদি ইবুংঙো কৌগনি। নিংথৌমচা অয়াম্বদি ইবুংশিজ কৌগনি। শিজ ময়া অয়াম্বদি অঙাং কৌগনি থংও।

অঙম অথৌ-শিংগী থৌরম থৌগলোন

হৌজিক্তি লোয়্‌ন শিল্লোন অমা হায়রকে ডাউ-ও! লৈবাক্কী ফমথৌ নিংথৌ, অঙম অথৌ পুন্নমক্কী থৌগন-লোন্দি :—দোলাই তোংবা, শগোল তোংবদি মথোঙ-দা থাইয়ে। মাইচৌ কয়াইবা ৪ মক্তি কৈথেল লানমী থোংদা থাইয়ে, হাউপাম্ববা পুরেন্না চীংমৈরোংদা চীংভাদা লাংজিংদা, থোমপিতোংতা, ইরিল মপান্দা থাইয়ে। মোইরাং নিংথৌনা য়াইস্কুল থোংদা থাইয়ে। শগোল দোলাই থাফম কায়ফরোই তৌফদে থংও।

অঙৌপানবগী খোংউপ অমসুং ফিশেৎ

হৌজিক্তি খোংউপকী শিল্লোর্‌ হায়রকে তাউও ! অঙৌপানবদি খোংউপ অশংবা তোংগনি, ফিদাদি অঙাংবা মচুগী ফিদা ওইগনি। ফিজেৎ ফৈজোমদি হিগোকনে, [1]মপান শোমগনি, ফুরিৎসুং অঙাংবনে, ইন্নফিসুং অঙাংবনে, শমজিনসুং অঙাংবনে, অঙৌবনা [2]লীবনে, চোঙদি তেংনানে, পেদি অঙৌবনে, য়াইদি লুপানে, কোনঙৌনে, মিশিনে, লিক্লাইনে, নুংশেম্নে, য়োংঙৌনে, লোনঙাংনে, থৌঙৌনে, মেংশেম্নে ৯ মা অসিদি থাগী থারুপনে থংও। অঙৌপানবনা চংবদি লোইনাইনা ফিদা অহু কোক্তা খোংনা পুগনি। কাশেনসু খুদোং পুগনি। লাকখোং য়্রোরবগা ফিদাসুং নাকন্দা য়েপকনি। হিদাকফু কাশেন্দি লাকতোন্দা থনমগনি। খোংউপ, ফিদা, কাগোক ও মাদি শঙ্গাই সুম্মাং য়ৌগনি থংও।

মৈদিংঙু নিংথৌরেনশিংনা শেৎ-ইনগদবা ফিজেৎ

মৈদিংঙু অপানবনা শেৎপা ফিজেৎ লৈতেংদি শমজিন অঙৌবা থদাংয়েৎসু অঙৌবদা অঙৌবনা লীবা করাংচি নম্বা সনাগী কোঙ্গোন অনি থিনবা ফুরিৎতি কোনখা ফুরিৎনে। ফৈজোমদি মপান শোম্বনে। ইন্নফি মফৈ ইন্না থুপ্তুনা লেংদোন্দা য়ানগনি। থাংদা ওইরবসুং য়েৎকনি। শেকপিন মথোল ৯ পানবা অঙৌবনে। চোঙসু পেসু অঙৌবনে। ফিদাদি ফিপোং অঙৌবনে থংও। মৈদিংঙু অপানবনা

---

১ মপান শোম্বা=ফৈজোম মপান্দা খোই লোনবাগুম্না লোনবা মরোল মখল অম্বা।
২ লীবা=পূনবা।

শেৎপা, ইনবা চৎপা, চাবা, থকপা, মোকপা, কপ্পা, হংবা অমস্তুং হায়-বা অসিদি নিংথৌ মচা মশু লৈবাক্কী অঙম অথৌ পুম্নমক্না তমহৈদে থংও। মৈদিংগু অপানবনা লোইগদবা য়াইদি সনা, পিথ্রাই, কোরি, তমফা, চারিক, নোংথৈ, পোহান, হি-য়াই ৯ মা অসিনে। অসিদি স্নমিংকী শাগৈনে থংও।

পুখ্রন, নোংথোন লাকপা ৪ ১সুং ফমথৌ ৬৪গী শিল্লোন

হৌজিক্তি হেপ্প পুখ্রনবা হেপু নোংথোনবা য়াইস্কুল লাকপা, খ্বাইরাকপা, খুরাই লাকপা রাংথৈলাকপা ৪ মা, শগুলেন লাকপা ৪ মক্কী লোয়্‌ন-শিল্লোনবু হায়রক্কে। মনাই মশম্না ফিথা লেংদোন্দা পুগনি। কাশেনস্থ খুদোং পুগনি, থোংউপ ফিদাদি লাকথোং য়ৌগনি। ফমথৌ নিংথৌ অয়াম্বা অতৈদি খাউ পোৎনা নমগনি। কাশেন মনা পায়গান, ফমথৌ ফমবৈ ফম্বা যম পুম্নমানা ফম্বৈদা ফম্নবদা মঙাই মশেন, মরুপ মপাং লাকপদা হৌগত্তুনা পানা লানফরোই, রা হায়নকরোইয়ে। অসিদি ফমথৌ ৬৪ মক্কী শিল্লোমে থংও।

শেলুংবা ৪ মক্কী থোংউপ্তি লাকথোং য়ৌয়ে। হাইথৌ ৪ মক্কী থোংউপ্তি লানমীথোং য়ৌয়ে। পুখ্রনবা, নোংথোনবা, শগুলেন লাকপা ৪, লৈকাই লাকপা ৪ গা ১০ মক্কীদি শমজিন অঙৌবা, খদাংয়েৎতি অশংবনা লীগনি॥ অঙম্বা ফম্নাইবা, শগুপাম্নবা পুম্নমক্কী শমজিন্দি অমুবনে। খদাংয়েৎতি লোইয়াম্বা, অঙাংবা, হিগোক, কুমলং ৪ মকনে। ফিদাস্থ অঙাংবা অমস্তুং অমুবনে। পঙনা মাম্নফদে খঙও॥

হৌজিক্তি লোয়্‌ন-শিন্লোন অমা হায়রক্তে। মৈদিংগু

মনা পীবগী মখৌ শিন্‌লোনদি — অপানবনা মনাই মশন অকন-অথৌশিংদা মনা পিগদবদি লানফম অচৌবদা সনা মাংদা নগুনা ঙমজরবদি নিংথৌ-ফি ময়েক শুবা পিগনি। লৈমা শিজন্নু পিগনি। ৫ লক ঙমজরবদি ফিরান-নাম্বা পিগনি। ৭ লক ঙমজরবদি থাং পনলোইবা পিগনি। ৯ লক ঙমজরবদি মৈবুল হাইজাও পিগনি। মাগী স্নুম্মাং য়ৌনা থানগনি থংও। পগুনা ভৌফয়োই থংও। মপু নিংথৌ য়াউদনা ঙম্বদি নাই, শন, লৌচা, কবুই নাইচা পিগদবনে। মাগী মাগী মতিক য়েংনা সনা লৈথাম, লুপা লৈথাম পিগদবনে। পগুনা পিফয়োইয়ে থংও।

হৌজিক্তি লোয়্‌ন-শিনলোন অমা হায়রক্তে। পানবা

শা-ফাবগী মনা হায়গে — কৈরেন ফাবদি মী ১০ না ফাবরবসুং মনা পিগদবদি মী ৩ দনে। মী অমদা লৌ পরি ১, থুম নামা, ফি-নচিংবা পিগনি। মথং অমনা থুম নামাগী মথাই, লৌ অমগী মথাই, ফি অসি পিগনি। মথং অহুসুং হান্নগী মথংগা মথোয় অনি মান্ননা পিগনি। অসিনে থংও।

শোক কুমশিং খৃ: ৪২৯ শুমা মৈদিংঙু নাউ-ফংবা মতমগী শিন্‌লোন

মৈদিংঙু লাইরেন নাউফংবগী মতমদা হায়রম্বা শিন্‌-লোন্‌বু হায়রক্কে। মঙাং, লুবাং, খুমন শুরু পুরশিবা অহুমমকী য়াথংবু লোৌহুনা পোইরে মৈতৈ সনা লৈবাক-সিগী রায়েল থোথা খঙনবগীদমক হায়রকে হায়হুনা চৌংঙু লাইগীদি মমৈ, তাইবং নমু পোংগীদি মকোক লাইরেন মৈদিংঙু নাউফংবনা থনম্বা হায়রম্বা রাবু হায়রক্কে, তাউও! কংলৈ মৈতৈ লৈমনা রা অনি হায়ফরোই। লৈবাক নিংথৌগী ফনবা তৌবদা লস্নিকফরোই, রা অনি শুফরোই। মৈদিংঙু অপানবনা রা অনি হায়ফরোই। রা অনি শুনা হায়রবদি লৈবাক রাথোকয়ে। রা য়াময়ে তৌহৈদে খংও! অহুগা লৈপাকী মাইচৌনা অখং-অহৈনা লৈবাকী ফমথৌ নিংথৌ অঙম অথৌবনা লৈবাক নোংথৌ অনিমক্তা অফ-ফত্ত তৌরগদবা-থোক্লগদবা, উর-খঙলবদা হায়রবদি লৈবাক নোংথৌ যক্কে, হে মীওইবশিংও খংও। নোংথিল নোং চুফরোই, চুরবদি লৈথোং নোংথোং কাম্নবা কৌয়ে, কায়ফরোইয়ে। কায়দনবা রায়েন চুমও, থোথা নমগুনো! থকশি-থাশি নমলানগুনো। কুম থাদি মীগী রায়েল ইল্লে—রায়েল কায়-ফরোইয়ে। রায়েল অমাদি যন হুবা, শগোল নাই হুবা অসিদি মথোং অহু ককও। লৈখুন হুংপা হুরানবদি মখুৎ ককও। মচিন থিবা পুকহোন পাহোনজবা অসিদি মচিল লেল্‌ও। নিংথৌগী ইবেম্মশিংদা মিংয়েং নায়েংবা, লাল্লবা, মীগী মতু হুবা অসি থৈবিক্তি মমিং হনথোকও। মচেম মনেম খঙদনা লাম্নবদি নোং লাউনৌও! নিংথৌগী ফিজি ফিনা নেৎপদি লোই থাউও। নিংথৌ শেম্বা মীশিংদি তুম্বা হাংও। নোংনলহল্লো, লাইখুং মথাক নাইফদে। য়েরুবা মথাক নাইফদে, লম্মন

মথাক থমগুনো। তিন-তিন্নবা, পি-তিন্নবা য়েক-তিন্নবা চন্নু নিংঙোলদি লৌনহৈদে। মৱা মপুরোইবদি থোঙ শিলও। উমং লাইগী থোগন য়াউফদে কাফদে। মন ইরোইগুম্বা মহাক্তি মশিং নাইদে। শঙ পান্নবা ১০০ মকম্ন ফত্তে। শামু ১০ সু ফত্তে। শগোল লথা ১০ মানু কত্তে মন ইরোই শা উচেক পুম্নমাদি মশীং নাইদে মশক লেপ্তে। লৈবাক্তীদি লানফমদা মী ৩০ সুহৈদে।

নিংথৌগী লৈমা অথোইবিদি কাংথোন থাইয়ে। অপানবীনচিংবা তূ অয়াম্বদি অহিং খল্লবম্নু ফিরোম পুশিল্লে। নোংঙাল্লগা পুথোকয়ে। থাগী লৈ শাংলবদি ফি শেংবা মুমিত্তা নিংথৌদা লৈ কংলে। অপানবীদি অহিং খনবম্নুং বারোদে। খোঋন অ'স ওম্নবা খল্লবদি নিংথৌবু বাকোংহল্লে। লাই ওইরবী অহল লম্মনশিনা নিংথৌগী মপোৎ-মচৈ মত্তুনা চায়য়ে। লাল্লবী মুপিদি চৈরাক ফ'য়ে। শিংগায়পাক্লা য়ৈয়ে। অসিবু তৌরবদি লাইনা য়াদে লৈবাক থাথোকয়ে। নিংথৌগী তূ ইবেম্মশিংগী মবুং মৌপা মপা মতোনশিংনা উনজগে হায়্নরবদি লুকনবী থোঙদা লৈত্থনা উনগনি। কৈদানা কোথোক্তুনা কৈদা য়াউনা ফক্লাং মপাললোমদা লৈত্থনা উন-না রা হায়নগনি। কোন্নুং শঙ্গাই মম্নুংদা নিপা অমত্তা চংফরোইয়ে। লাইনা য়াদে চৎনরোলনে থংও। অসিনা মুং কৈদাদি মুপিনে হাম্নবনে। নিংথৌদদি ত্তিনগোংনা মমৈবু ময়ানা চিবত্তুনা লৈবগুম্বা লৈগনি থংও। মরম হায়নরবদি অসি লৈবনা হায়বনে থংও। হাউমচা শঙ্গাই শঙবদি মীওই সুরবদি চংফদে। চহি ১২ শুরবদি লৈফদে।

লৈমা অঙবী-শিংগী মীশৌ

নিংথৌগী তূগী মথৈদি ইবেম্মা কৌগনিয়ে। অমদি নাথাং হুঙবী, হিক্কশঙ হুঙবী অনিমক্তম্ম কৌগনি। লোইথোমশঙ হুঙবীবু ইবেম্মরেন কৌগনি। নীয়াইবিদা পিরকপা উল্লকপি চোংথা ফৌথারিবীদি পোৎলোম কৌয়ে। মীরেম কৌবী নিংথেম মুবীদি নীয়াইবিবু কৌয়ে। নীয়াইবিদি মোইরাং নিংথৌ নাইদা ১০ লৈমনাইগী ৫ চোথেগী ৫ বাইনেমগী ১ পুকমগী ১ মোংশাংকৈগী ১ শেক্তাকৈগী ১ কোম্বাকৈগী ১ মখোয় অসিদি ইপী কৌয়ে। নিংথৌরেল খুদিংগী কৎলে। তূগী থোঙলোয় ওইনৈয়ে। হুলাইপাবি হাপ্তুনা থোঙশং মৈরিংবী ওইহল্লে। অম্তূম্মা নায়য়ে। নিংথৌগী ইরুম খম্লেয়ে। খোংনা ফংবি কৌনৈয়ে।

হাউরৈম'গী লোইহা-খুন

হাউরৈমাদা লোইহা লোইকৎ তমযবদি মকেং, তুমা, তাতোন. তাকৌ, চীংদাই, হাউকু, হুইনিং, লমলাং, চীংশোং, লনহাং, থিঙবা, মারাম, তোরা অসিনচিংবা লোইশিংদা কৎলে। মিঙ্গৌদি ইপী কৌয়ে অসিমন্নুং পোংলোয় ওইনৈয়ে। হাউমচা চরাংথেম্বা অমম্ম কৎলে। অহল লম্মন লাইওইবশিংনা চৈরাপ্তা ইহল পাউহম্লেয়ে খংঙ।

অঙৌপানবা নীয়াইবীগী শিল্লোন

অঙৌপানবাগী নীয়াইবীদি অঙোমনাই, কোংবম নাই, খুমলেনবম নাই, হিদাম নাই, হোংনেমশুম্বম নাই, চকপ্রম নাই, চিঙ্গাংবম নাই, অম্তুম্মা অঙৌ পানবদা কৎলে। অমদি লুরাংজম নাই, লাইরেন লাকপম্‌ নাই, খরিবম নাই, অসিদি লোংজম্মা কৎকনি। অমদি পুথ্রনবম্মা থুমম্মেম, মংশাতাবম, নারেংবম, মৈয়েংবম, রাহেংবম, লাইম্নেনজম,

য়াংঙম্বম, থুরাইজম, কিয়াম, লাইশ্রম, হাউবম, ভাংবম, লোখাম, পুংগ্রাইজম, ওইনাম, চিংভাথম, পুয়াম অসিনা মুপ্পা ১৭ মা অসিম্নুং কংলে।

অরাম নুবীনা চংফদবা

অরাম নুবীনা হিক্কশং, লোইখোমশং চংফদে। [1]ফৈদানা চেৎনা শেনগনি, ফম্মাং হৈক্লক্তি লৈমা ওইবী অহল-লম্মন্না শেময়ে ফৈদানা তাম্থোকনি।

ইবেম্মশিংনা অনাশং কুম্বা

ইবেম্মাশিংনা অনাশং কুম্বদি ফৈদা থোঙশঙবনা কুমহনা শঙগনি। নিংথেম নুবী [2]খোংন ফংবী-শিংদি চুপ্পা থমনিং থম্মাং চংপদা চৈশু পাল্লোই-নৈয়ে। অহুপা শলাই ৪ মক্তা পিফৈয়ে। লৈমা থূবী ফমলুপ্পা লৈমলেন অথোইবিদা মরুপ ওইয়ে। হৈ চনয়ে, থোংউপ কংলে। য়িমজাউ মনিংদা শঙ ১ শাই মাহনা নিংথৌ ৭ কী লৈমা ২গী ফান্দেং থানা থমগনি। নিংথেম নুবিনা [3]লালুপ কাগনি। নোংথিল কাবনে।

লৈমা নিংথৌ থুরুম্বা চংবা

লৈমা নিংথৌ অনিবু থুরুমগে হায়হনা লৈমা সিজ নচিংবী অয়াম্বীনা লাক্লবদি শঙ্গাই অহুনা লাইনা লৈগনি। ফৈদা হাউমচা নিংথেম নুবি অসিনচিংবনা চঙহনা হঙ্গংকনি। থোক্লক্লগনা উরগা থুরুমহনা হায়জগনি।

১ফৈদানা=মীহাৎ মীপুম্নগী থবক তৌবশিংনা। ২থোংন ফংবী=অহল ওইরবী। ৩লালুপ=শিন্থা।

মৈদিংঙু না মপান্দা। খোংলেংলবদা ইপীশিংগী শিন্নোন

মৈদিংঙু নিংথৌরেললনা মপান্দা সনা খোংলেংলবদি ইপী খোংনা-ফংবি অমদি ইবেম্মা অতুনা মৈফদা হাউমচানা থনগদবদি ইপীশিংনা ইনচমমৈ, মৈবুল-নচিংবা থনবদি লাকতোন য়োৌনা থললে। হাউমচানা খুদৈশেন কাশেন নুংকৈ তানা শেকপিন অতু লাক-তোন্দগী লাকখোং য়োৌনা থনগনি। লাকখোংদগী শঙ্গাই-শেনবানা সনা শেকপিন, তুলাইরোইনা তুলাই, নিংথৌ শেনবনা সনা খুদৈশেন শেনপোং থল্লে, সনা কাকোকশু ইল্লে। থোঙশঙবনা সনা কাংহাই সনা কাশেন, হিদাকফানবনা সনা খুদোং, মরোয় অনাম শঙনা ফিরোয়, থোঙ হিচাং, নারমচৈ, হুমাই থল্লে। দোলাইপাবনা সনা দোলাই পায়য়ে। কোংচিন্দা শেলুংবনা থল্লে। চাকলেন্দা শাগৈগী অঙম্বনা থল্লে। অঙম অথৌদি সনা য়াথং নত্তনা থনফদে। সনা য়াথং ঙাইনা থল্লে। সনা য়াথং লৈরবদা কোঞ্জিল থল্লে। য়েংলমদি থনফদে। চুঙ, ফিরাল, পুং ইছে, শেন, পেনা, মোইবুং অসিনচিংবা মাগী মাগী থৌগন রাঙনা শোয়দনা থনগদবনে। শোয়রবদি শেলুংবনা [১]কৈশুমশংদা [২]কায়াৎ থময়ে। মৈদিংঙু অপানবনা থোঙ হেন্দোক্লবদা অরাম্মা ফিদা থমগদবনি। পুথ্রনবা, নোংথোনবা, লৈকাই লাকপা ৪ গা শঙলেন লাকপা ৪ গা অমদি শিজগী মপাস্থং ফমগনি। অপানবা ৫ মাস্থং ফমগনি। অমদি ফিদ ফম্বদি মরৈ তৌনা ফমগনি। কাশেন্দি নাপানবনা পুগনি। কাকোক থাউনা ঙকশমদা য়ান্দুনা ফিদানা নমদা পুগনি। পুং ৭২ হায়বদি পুথ্রন, নোংথোন, লৈকাই লাকপা ৪মানা ৬মানা পুং ৬ লূপখিরে। পুং ৬৬ নঙাইরে। ফমথৌ অপানবা লাই ৫ মানা

---

[১]কৈশুমশংদা = বন্দিশংদা, [২]কয়াৎ = কাত্তনা থবা,

পুং ৫ মা অমুক লুপখিরে। হৌজিক মপান্দা পুং ৬১ অমা পান্দুনা চৎনরিবা অসিনে। হিরম অসি লৈবনা শরোয় ৬১ ফম্‌থৌ ৬৪ হায়বনে। তিন লাইগী থৌরমদদি পুং ৭২ মানা মন্থুংদা লাইনা পুদুন পুং য়ৈরিয়ে। পুং ৭২ অমনা লাইশোন ওইহনা তৌনরিয়ে। নী পোংগী পুংচৎতি অমনে। তিন লাইনা অমনে। শিন্দবা কৌবা লাইনা খংহল্লোই হায়হনা মন্থুংদা লুপলিবা পুংদি খংহন্দে। অহুনা মপানগী পুং ৬৪ মানা চৎতুনা খা ১২ মক্তি কায়দে। অসিনা চহি ৩। ৩ মক্তা থা অমমম হেল্লবনে। অস্থুম্না শাবদনি। থাদি হেনবা লৈতেয়ে। মুখিং থা অনিমক্তি চপ লেপ্লবা অতাঙবনে খংও। হে মীওইবশিংও অসিনা মফম খংন খংন নাইহনা লৈগনিয়ে হায়বদি অসিনা ফম্নাইবা তাম্লবনে। লাইগী ফম খংনা ফম্নাইরব দ মপা মপু ইচা ইগু পুম্নমক খাইফনবগীদক রায়েল চুম্না মফম নাইখিয়ে হায়হনা লাইরৈবাক্তা লাইনা চান্না লৈগদবনে। সনা লৈবাক অসিদা পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক নিংথৌগী লৈমগী লৈমরেন অনিমক্তা লৈমা নিংথৌ কৌহনা মরোন অনি থৌখল কপা মচত্তি মৈদিংগু গরিবনিরাজ নিংথেম ময়াংঙম্বনা মৈতৈ লৈবাক্তী মীরোল অশেংবতনা অথোইবা নিংথৌশিংনা তৌরকপা থৌগললোনবু কায়হন্দনা তৌও হায়হুনা তৌরকপা মরোন্দি লৈমা নিংথৌ খল্লকপা লৈবাক্তী লোয়্‌ন-শিন্নোন্‌ হায়রকে।

পাম্নহৈবা
মতমগী শিন্লো'ন

মৈদিংঙু নিংথৌরেন পামহৈবা থোংনাং ময়াং ঙম্বা শ্রীশ্রীপরিবনিরাজ নিংথৌরেলগী সনা হাকথক্তা নিংথৌরেন মথক্তা লাইওইনবশিংগী ফিদম খুৎথম্নু লৌরহ্নুনা পোইরৈ মৈতে লৈবাক্কী চৎন-শিন্লোনবু অমুক হন্না লৈবাক্কী অঙম অথৌ ফমথৌ পুম্বা তিন্না থন্নানা য়ানখিরে। বারম অসুম্ববু অমরক হায়বকে [১]পুন্নিং পিনা নাত্তাউও। [২]ইয়ু মৈদিংঙু চীংঙু লাইওইনবশিংগী মথং লেংবা চৎলম্নু ইয়ু মৈদিংঙু খাগেম্বা মহাকথক্তা অমরক শেম্না চৎলম শিন্লোন্ ইরববু নিংশিংনা হায়রকে।

ফম্নাইবা অঙম-
অথৌ পুম্বগী
থৌরম শীনবা

নিংথৌগী লৈমরেনবীমা পোকপা, অপানবি, লৈম-খুবী অসিনচিংবনা পোকপা নিংথৌ মচা মশুশিংগী মিঙ্গৌ থাগৌ ফমফম চাকচা. খৈদাগী লমচৎ থৌথন্ন-চিংবা অঙৌপানবনা ইংঙুশিং ফমথৌ ৬৬ নচিংবা ফম্নাইবা অঙম-অথৌ অয়াম্বগী ফমফম চাকচা ফিশেং লৈতেং থৌগল্লোন্নচিংবা, চৈরাক্চিংবা শঙ অযাম্বগী বায়েন থৌথা মিঙ্গৌ থাগৌ কৈরুংবা য়ারেকশঙনা শঙবান্নবা অয়াম্বা খৈবিক্তা লোয়ন শিন্লোন অসিগী থৌথা থৌথন থাবা, পোথা শিস্থা. মনা মশীং য়াওবা হিদাক লাংথক থিন-ঙৌবা, কংন-হৌনবা মচাস্তু কৈরুংবা অনি অঙম্বা মরিমরক্তা খৈদানা, নিংথৌশেনবনা হায়বা থৌথন মতুংইম্না থাইয়ে।

[১]পুন্নিং পিনা নাত্তাবা=পুন্নিং চঙনা তাবা। [২]ইয়ু=ইপু।

নিংথৌগী সনা খোংগন ভোৱদি

মৈদিংঙু নিংথৌরেনগী সনা খোংগল তৌবদি লাইরুপ্পা মঙ্গুংদা তৌয়ে। লৈমনচিংবি য়োইবু শলাই মাপল-মঙ্গী অচানবী ১৫ লৈমখুবী ফমলুপ ১২ অচানবীদগী হৌনা ফম হাপ্তুনা শঙদা থিনজিল্লে। হিদাক ফানবা হঞ্জবী হাপ্তুনা হিদাক ফানবা লোম্নশঙদা থিনজিল্লে। অমদি খুদৈশেন ফম্বী, কাশেন ফম্বী, কাকোক ফম্বী, নাকথনবী, নাকশেনবী, ইমাঙ নাকশেনবী, ইমিঙ নাকশেনবী অসিনচিংবী ৭ না সনা খুদোং, খুদৈশেন, কাশেন, কাকোক, কাঙহাই হুমাই, শেনপোং, খুজেং খুজাই অসিনচিংবা খোংগন পুন্নমা থল্লে। শেনাকফম্বি অতুদগী খোংগন হায়বি লাইরৈ শেংবিনা শেলুংবি মফম হাপ্তুনা শেলুংফমদা থিজিনবিয়ে। শেলুংবিনা খোংগন অশোয় অঙাম য়েংতুনা খোংগল শোয়বিবু শেলুংবিনা মতিক ওকপা মরান পিয়ে। মহাক্কী খোদাদা চংনৈয়ে। অসিনা থনবদি শঙ্গাই স্থম্মাং য়োনা থল্লে। অতুদগী হাউমচা শঙ্গাই শেনবনা থনলে। লাইগী ফমশীং শুনা মফম মফম ওইতুনা খোংগল মশীঙ শুনা থল্লে। অসিনা কারুংবী, সেনলুংবী, হিদাক ফানবা হঞ্জবি, য়াইতম হঞ্জবি, মঙ্গুং ফমুংবি, দোলায়পাবি হঞ্জবি শেলুংবি, ফৌরুংবি, থুমলুংবি, ফিরুংবি, ভারুংবি শারুং হঞ্জবিনা লৈমখুবীবু থিজিল্লে। ইবেম্মশিং অসিদি মাগী মাগী কাংলুপ ১২ অসিনা ৩ | ৪ না নোংমা (অহিং নোংথিল) দা থল্লে। অমদি ইপী খোংন-ফংবিশিংদি মিয়েন হাউরৈমানচিংবী খৈবিক্না লাইগী মরোয় ওইয়ে। নোংভাল্লগা সনা খুদোং লাকখোংলা পুথোকয়ে।

**হিদাক ফানবগী শিন্নোন মখৌ**

হিদাক ফানবনা অনামশঙনা মহী হোংদোকয়ে, চনশিলয়ে ।

**কারুংবিগী শিন্নোন মখৌ**

কারুংবিনা মনা কা লুংবা পানৈয়ে । খুনচা লাইচা অনিমকপু পানা কৌয়ে, পানা ৪ শুহল্লে । হিদাক ফানবা পোৎশংবা অমনে শেলুংবিনা [১]লোল্‌লৈ, ফিশেং লৈতেং শিন্নয়ে ।

**শিন্নাইবগী শিন্নোন মখৌ**

শিন্নাইবনা লোইশং পান্নয়ে । লুক হৌবদা চেং, য়েনশাংদা নাপি য়াউবা, শম-না য়াউবা য়েংঙে । মমুং ফমলুংবিনা খুদা ফিদা থাইয়ে । মোন্দুম মোন্তেকস্মুং থাইয়ে । য়াঙ-থাং মোনপাক্কি পোৎশংবা কুরিং শাবনা থাইয়ে। ফিরুংবিনা পান্নয়ে । ফিরুংবীনা ফিরোই, অনামশঙস্থ পান্নয়ে । তুলাইপাবি হঞ্জবিনা তুলাইপাবী লোয়শঙ পান্নয়ে । তুলাইরোইস্মুং পান্নয়ে । শেনবা হঞ্জবিদি ফৌরুংবিনে, হঞ্জবিনা ফৌরুংবা, বায়তৈ লমতৈবা কয়াগী চিরা ৪ মক পান্নয়ে ।

শেলুংবিনা নিংথৌ শেনবা, কোনশা লিকশা, পুকৈ পান্নয়ে । থুমজাউরুংবিনা থুমজাউ লুংবা, থুম, থাউ পান্নয়ে । ভারুংবিনা ভারুংবা [২]পান্নয়ে ।

শারুংবিনা শগোল শামু মন ইরোই লুংবা পান্নয়ে । লৈমথুবী-নস্থ পান্নয়ে । অমুম্বা লাইগী শঙ, লোয়শঙ, মশীঙ শুনা ফম হাপ্তুনা পা-নহল্লে । ইরুংবীনা ইরুংবা পান্নয়ে ।

---

[১] লোললৈ=চোম্বা শাবা শমজিরৈ । [২] পান্নয়ে=মখোদা য়েংশিল্লে ।

নিংথেমনুবী-শিংগী শিন্নোন

মৈদিংঙু নিংথেমগী য়াতাকম, য়াথোককম, য়াহিপ-ফম, চাকচাফমচিংবা নিংথেমনুবী অপানবি [1]লৈমখুবী লৈমলেমচিংবী অয়াম্বা খৈবিক্লা তোগনি। লাইনিংথৌ নিংথৌরেন্দি য়ুমজাউদা য়াতাকমনে, কংলাদি য়াথোককমনে, শঙ্গায়-দি য়াহিপফমনে, চাক্তাকমনে। মফম অহুদা লৈমলেম্না থৌগন চংয়ে। কাংথোন থাইয়ে। ফমজাউ শেময়ে। কম্বিগুম্বদা অপানবিনা থৌগন চংবস্থ য়াই। অতৈ তু অয়াম্বদি চঙফদে। লোইখোম-শঙদা ফম অমা শেমগনি। লৈমখুবিনা থৌগন চঙগনি। হিক্ক শঙদা ফম অমা শেমগনি মহুদা থৌগন চঙবদি অপানবিশিংনা চঙগনি। য়ুমজাউদা ফমজাউ থাগনি। লাইনিংথৌগী ফমনে। মৈদিংঙু কৌনা য়াহিপয়ে। য়োইবুরেম্চিংবা [2]নিয়াইবী অয়াম্বিনা পুংলৈ খেনলৈ য়েংনা পুংথি-খেনথি শঙনা থৌগন চঙয়ে। শোয়ফবা য়াদে। শোয়রবদি লাইগী বারক থৌ-পাউ তৌয়ে। মমা মন্দোন য়োকুচ অসি খৈবিক্লা অশোয়বা মী অহবু শিঙকায়পাক্লা য়ৈয়ে। থৌগন শোয়ফদে। য়ুমজাউদা লৈহুনা নিংথৌগী থৌগন অয়াম্বা য়েংহুনা পান্নয়ে।

নাখাং হঞ্জবিনা ফি, থাউ, ঘি পোৎ পূম্নমক তিম্না শঙ চংহুনা পান্নয়ে।

হিক্ক হঞ্জবিনা শেনলোই পান্নয়ে। লোয়খোমশঙ হঞ্জবিনা লৈমলেনগী মমা মন্দোন ওইয়ে। [3]লাই ওইরবী য়োইবু

---

১ লৈমখুবী=নিংথৌগী তু অতোম্বী। ২ নিয়াইবী=নিংথেম মুবী। ৩ লাই ওইরবী =অহল ওইবী, অকায়বা চত্রবি।

য়োইহৈনচিংবী পুন্নমনা ভিম্নবা শঙ্গাইগী নোংপোক পাংনা চৈরাক-শং অমা শাইয়ে। মতুদা নোংঙাল্লবগা মাগী মাগী মশিল হিদাকফু ফিদা থাইয়ে। কমতুনা রায়েল তৌয়ে। অসিনা অমুক নোংঙাল্লবগা চৈরাক্তা পাউ তম্মৈয়ে। থৌগল শোয়রবদি কারৌয়ে। শোয়বা থোকপা অতুগী বিচার তৌনৈয়ে। লোই থাবা থোক্লবদি য়ুমজাউদা থায়য়ে। [১]মরুম মহুই নাইবা মীদি মৈতুনা তাংথোকয়ে। থোংনফংবীশিংনা লাম্না লঙজরবদি শিঙকাইপাক্লা য়ৈয়ে। [১]মরিল মহুই নাইজরম্লবদি নাই ৫ লোয়ে। শরুক ৩ ওইনা য়েন্নে। অমদি নিংথৌদা কংলে। অনিদি লাই ওইবি [২]য়োইবুয়োইহৈবীশিংগা কৈদাগা য়েন্নৈয়ে। নীয়াইবীনা নিংথৌদা কংলকপিশিংদি মুমিং ৫ নি য়ুমজাউদা লৈয়ে। লৈত্রবা মুপিদি নিংথৌগী তু শীঙদা চন্দে। য়িমজাউ য়িহমদা কোরি শাচৈ অরোংবা য়ান্নে। মুমিং ৫ নি য়ুমজাউদা লৈয়ে। মী শীংপোল য়ান্নে। য়োংথোক, শীং-জঙথোক য়ান্নে। ইশিং চাইবগী ফম্বিনে। সনা কাদি শঙ্গাইনে, নোংলোন ৯ মক লৈয়ে। মাতুনা লায়নিংথৌনা নিংথৌ অপানবা নিংথৌ অথোইবা কৌতুনা সনা শঙ্গাই মমুংদা লৈবনে। লৈমলেম্না অহিংদা থল্লে। অপানবিনচিংবা ইবেম্মশিংনা নোংথিলদা থল্লে।

মঙম পুবগী শিল্লোন অমদি

লৈকায়গী থৌগন্দি লাইগী ফম্নান রায়েন্দা পানা পম্বা শঙলেম্না ঙময়ে। লাইশং শাইয়ে। সনা শঙ্গায়নচিংবা অয়াম্বা শাইয়ে। উ পামনৈয়ে

[১]মরুম মহুই নাইবা=মুগীনাম্বিংয়েং মতুনা য়েংবা। [২]য়োইবু য়োইহৈবী=মথোক কারকপী অফবা লমী তাম্লকপি নিংথৌগী ইবেম্মশিং।

থাকন অচৌবা চৈপ্নয়ে। শাবা লোইন্নগা কাংথোল শাজম পুবা মখৈ পুনৈয়ে। পরিঙ লাংশঙম্মুং হুন্নৈয়ে। লম ওন্নে। য়োইবু মোইহে পুন্নমাগী লাইতিনগী থরাই শাই। শগাই শাই। সনা খোংলেংলবগা য়োং থাং পুনৈয়ে। দোলায়রোই পনলুংবা মরোমগা লখেল থোং ফঙবা শেমহল্লে। খুল্লক লৈরক-য়ুমফম কৈফমগী বায়েল ভৌয়ে নিংথৌনা পাং পিজৈয়ে! লৌ, থুম চাহল্লে। মথৌ কোকপিয়ে। শঙশারোইদি থৌগন নত্তে, অনৌবনে। নিংথেম অহন্না শঙয়াম ১৩০ শাবদা শঙ অমমম শানৈয়ে উ রা পান্নৈয়ে। শঙশা লুকশাগী থবক্তা পাংথক মান্নবা থায়নৈয়ে। থৌগন মশিন থারে। পন্না রাচেং হুমদাং থাংয়ে। উচিবা য়াল্লে, হি হোল্লে। ই হোন্নৈয়ে, রা থোং পান্নৈয়ে। যাত্রাদা মঙম ৩ [১]কৈ, শুমজিং থাবৈ শানৈয়ে। লাই তিনগী শঙ শাবদা মচাক তাল্লে। লফূ য়াল্লে রা থোঙ পায়নৈয়ে। নিথৌনা লৌ পাং থুম পিজৈয়ে।

উরুংবগীশিন্নোন

উরুংবগী থৌগন্দি লাই তিনগী উ থোক রা থোক ই লোয় পান্নৈয়ে। য়ুমচিনলোই, হুমাইলোই শিন্নাইবা উশাবা মৈতৈ হিশাবা ময়াং হিশাবা মোইফেংবা ফুন্নে লৈকাই শংশারোই অয়েকপা পাইজশূবা থুংহৈবা য়ুমজিন অসি পান্নৈয়ে। রা কনশিন্না পান্নৈয়ে।

কয়রোইগী শিন্নোন

কয়রোইনা য়োংথোক থাংথোক পে-থোরুচিংবা অসি কৈরোয়না কংলে। থোক্রম পান্নৈয়ে। ই-থায় লৌয়ে। শঙ পুন্নমাগী মচাক থাঙয়ে। শারিবা

[১]কৈ-ইনা, চরুনা কোয়না থৌরিগুন, শাবা কৈজা।

পোং পূম্নমাগী শারি শারিবা মী খুং অত্নগা লোয়নমতুনা লাক-খোংদা চংলে। নিংথৌগী লৈমগী শারিবা নাচৈ য়েংপু ফিশা তেম্নচিংবা পূম্নমা লৈমা শেনবনা তানলে। উ শূবম্নং পাং পিজৈয়ে।

অয়েকপগী শিন্নোন

অয়েকপগী থৌগন্দি খামেনচপ্পা উচপ্পূ য়েকয়ে, খামেন চপয়ে। ফান্দোং শাই, ফান য়েকয়ে। অয়েক-অখোং পূম্নমা তৌয়ে।

নান্দৈবগী শিন্নোন

নান্দৈবগী শিন্নোন্দি ইরোই শউন থোয়ে। নাকথং তিংয়ে। পুক্‌লি য়াংলে। তেন্দোং তূইয়ে। শনম্‌ তিংয়ে। ইরোই শউন্না চঙবগী মখৈ তৌয়ে।

খুংহৈবগী শিন্নোন

খুংহৈবগী শিন্নোনদি লীরুং ঈংপা, তেম্না-চনবা, টাখোক চুম্বা, তেংনা হুমাই শাবা, তোংজৈ উতোং য়েকপা, হুমাই য়েকপা, তরোং তমং শাবা নাংচৈ, য়েংপু ঈংপা, তেম ঈংপা, পজেং ভুম্বা, উতোং মচিন-তুম্বা, অরংতৈ, অরুবা, ফিরালগী মরু শাবা, চামি ওনবা, চা তয়বা চা ওনবা চমেন হিংঙোন তকপা অসি পুম্নমা তৌয়ে। সনা খোংলেংলবগা শঙ্গাই তানা থৌগল ইয়ে।

ময়াং হিশাবগী মশিল শিন্নোন

ময়াং হিশাবগী থৌগল শিন্নোন্দি সনা হিরেল য়ানবদা শিঙজং হাম্না থাইয়ে। হাংমৈ য়াল্লে। উ ককয়ে। য়োইবু য়োইহৈশিংগী তরেং শাইয়ে লাইরিকফান শায়ে। মথুম মিংশেল উক্ষম চম্নেয়ে। উপু শায়ে। উনা শাবগী থবক থৈবিক শূইয়ে।

শিন্নাইবা হুমাইলেনগী শিন্নোন্দি [1]চোঙবং খরাই মাইখল চপয়ে, ফক চপয়ে, চেংচামলুক, য়েন্দাই, হুমাই, শিয়াইলুক, ফিয়ালুক মিতমশিয়াইলুক, লী-ঈংপা, লোৱৈ শাবা, লৈরেন লৈচাউ শাবা, লৈরেন লুথক শাবা, কাকলৈ তোনচেপ শেম্বা-শাবা, মৈহুম উতোং য়েন্দুফাবা, [2]মোইমিৎ লালু য়েকপা অসিনচিংবা তৌয়ে।

শিন্নাইনা হুমাইলেনগী শিন্নোন

থাংশা পানাগী থৌগন শিলোন হায়রক্কে। টাখোক, লম্বুখোক, লীরুং, নোংমৈখোক খাঙয়ে। নুংফান থৌয়ে, নুংচাক খাঙয়ে। নোংমৈগী মচাক হাল্লি। মৈতাল য়ান্দুনা কংলে। খাঙয়ে। থাঙশাবা নায়য়ে। মৈতানলোই থুংহৈবা অপানবা ফেঙবা পান্নেয়ে। মন্নুংদগী থাঙ হৈজ্রাং কাতিনচিংবা ফৈদানা থাবগা শেময়ে। লৈমা শেনবনা চন্নে। ককচিংদগী যোৎ থৌযে। সনা খোংলেংলবদা থাঙ শাবা, মৈতানলোই, খুংহৈবা অপানবা ফেঙবা, য়োৎ, লীরুং, তেন্না, চুঙ, থাঙ, শীঙজঙ, হাঙমৈ, তোক, য়োৎপি, পুনা, নুংথং, হোরায়, নোংমৈ মরু অসিনচিংবগা লোয়ননা চংলে। লানফমদা নোংমৈ মরু চললে। য়োৎপি, থাঙপি, কোনলু, থাঙ খাঙয়ে, উশংগী য়োৎখোক, থাঙখোক থৌথাং পান্নেয়ে কৈরোয়দগী উ, বা য়াল্লে। লীরুং খাঙয়ে। কৈরুংবা য়ারেকশঙদগী তেৌজ তাল্লে। টাখোক খাঙয়ে। কাক তানবদা চুঙ, ফিরাল,

থাংশা পানাগী থোখল শিল্লোন

---

১ চোঙবং খবাই শাবা=লোলাই মথক্তা খরাইগুম্না শাবা। ২ মোইমিৎ লালু য়েকপা=চুঙদা মী, শাগী মমাই মমিৎ য়েকপা।

পাঙ, চা লাংপা য়াউয়ে। চুছ কিয়াল কমথময়ে। শিল্লো-ন্দি পুল্লো। থাইজ ২ কৈরুংবনা থাইজ ৪ মৈভাল থাবনা পুইদু ২ লুং লং-ময়মা থাম থাইজ ২ পুন অহমগী পাউমল থাইজ ২ অসি চাবয়ে। লাইরিক ইরবি কৈরুংবগী মায়না চাবয়ে। পুন, অহমমা পাউমম চাবয়ে। ককচিংনা মুংফাল য়াললে। য়াল্লিভৈদা নপোং কায়রি পায়বনা মুংফাল পুইয়ে।

থাঙশাবগী শিল্লোন্দি

থাঙশাবগী থৌগল শিল্লোন্দি সনা থোংলেংলবদা মুংথং চেগপ পুন্থনা থৌগল ইললে। কয়রোয়গা লোয়নদুনা চংলে। থাঙফেঙ-নুঙ য়াম্লেয়ে। মৈফমদি অঙৌপানবগী অমা, মচা ইবুংঙোগী অমা, অসি পিয়ে। অতৈদি পিদে।

ফৌকংবা, চবোনল্লুংবগী শিল্লোন

ফৌরুংলেম্মা সনা চিন মেল্লে। চাবোম্মা চল্লে। কয় পাম্লেয়ে। লৈবাক পুম্মমাগী ফৌরুক য়াইয়ে। চেং ফৌ য়েলয়ে। চেংপাক কবোকতি থা ৬ য়াই। কুমগী খুৎপাই চময়ে। কুমগী চনৌ কয়রোয়না কংলগা উতোংচাক চায়য়ে। কয় নিংঙোনবিনা লৈমলেন্দা চনৌ কংলে। চাঙান চানঙৈয়ে। কয়রোয়দা কয় নিংঙোনবিনা থুম পিয়ে। লৈমা নিংথৌদি য়াজবদা থংয়ে। মুংঙাইনা, তিনগোং লাইস্নানা তৌবগুম্মা লৈমিম্লেয়ে। লৈমলেন নিংথৌ অথোইবা অনিমাগী মুংঙাইনববু তাইবং পানবা মপুনা থৌরাং শীনবিদুনা নিংথৌ অপানবা তোননিংথৌ ওইদুনা পালহল্লিবনে

লাইগী মতিক্তি হাইনিংঙাই লৈতে খংও। ফৌরুংলেন, চাবো নলুংবা অনিমক্কা নিংথৌনা পিজবা পোৎলমদি নিংথৌনাই পুরেম্না ফৌনাক ফৌ চাং কোং ১ ব্রায়জরমপোং ১০ লৈম-নাই পুরেম্না ফৌ চাংকোং ১ খায়য়ে। ব্রাজরমপোং ১৫ লাইরিক ইবগা ফৌরুংশেনগা অনিমক ফৌ চাং কোং ১ ব্রাইজরমপোং ১০ চবোন নহানা পোং ৩০ ব্রাজরমপোং ৫ লাইরিক ইবনা খুংপাই চনবগী, ইবগী ফৌবোংতা শেনচা ২ য়ুপান্নেয়ে, ইরুংবনা কযনা লালুপ কাতুনা ই কংলে। লালুপ কায়য়ে।

পাংচগী লোয়ন
খোগল শিন্নোন

পাংচগী লোয়ন শিল্লোন্দি নিংথৌনা সনা খোং-লেংলগা খোগল ইন্নে। কয়না পোংচৈ কংলগা ওকয়ে। শঙ্গাই ফম্মাং ব্রাই তৈবা চঙয়ে। সনা খুদোং মঙক মখোং খেংলবদা ফুন্দ্রে চিংয়ে লালুপ মৈপাউ চেন্নে। থেঙ্গৌ হান্না শাইয়ে। লমজেল হান্না চেগলে। নিংথৌ শাগৈ য়িম্মাং-কৈমাংবা পাউ চেন্নে। য়িমজাউ নাউদা কৌখংলে। মবুথৌ পাখংবা সনামহি চীংঙু লাইগী থাঙ ফান্নে। সনা খোং-লেংলবগা চকথাং থোগন খল্লে। নিংথৌগী লৈমদস্থ খললে। নিপা মুপী ব্রায়েল তৌয়ে।

মাইবা শঙ
অহমগী শিন্নোন

মাইবশঙ অহুমক্কী থোগন শিল্লোন্দি সনা খোঙ লেংলবদা য়োইরেম্না মফম লিংখংলে। অছেবনা তেংথানা লাই ফত্তবা তিনমু লাইমু তাম্থোকয়ে। মাইবা নাহানা তিনমিং লাইমিং শোন্দুনা কোন্থা ম্লাইথারবগা

নিংথৌনা ঙময়ে। মমুং অপিশক অচৌবা চঙয়ে। অথুগা ঙাহিপ তাইয়ে। সনা মৈতৈ লৈবাক অসিগী ফনববু চীংঙ্‌ লাইনা তৌহল্লিয়ে। লৈয়োন ৯ মাদি লাইনে, নোংলোন ৯ মাদি তিননে। লাংয়েন ৯ মাদি মীনে। মীনা মী পোকয়ে। শলাই ৯ মানা পোংনে, পোংদি পাৎচ শলাই শঙনে। মীদি মাইবা লোইশঙনে। তিন্দি অছে-তেংথা শঙনে। লাইদি য়োইরেন নামুংনবা শঙনে লাইদি নোংলেন ৯ মক্তা লাই ওইনা কাখিরে নোংলোন ৯ মক্তা লৈহল্লে। তিন্না লয়রোন ৯ মাদা চংখিরে। লয়রোন ৯ মাদা লৈহল্লিয়ে। লাই ২ মা তিল্লুপখরে। মীপোং ২ মক্তা পালহল্লি। চীংঙ্‌ লাইনা মমিং থোনবিবনে। লাইমিং তিনমিং তাকপি-তম্বিরে। হৈহন-শিংহল্লে। উহন-খংহল্লে। লয়রোন ৯ মাবু তাইখৎহল্লে। শলাই ৯ মাবু পালহল্লিয়ে। মাইবরোন ৫ মা কৌনা চীংঙ্‌ লাইনা অমরক মমিং থোনবিরে। কোংবা লয়থোঙ ফাংহললে। শচিফু লয়থোঙ ফুলহল্লে। কুমজা নৌহৌরে, থাজা তেকহৌরে অম্মা চীংঙ্‌ লাইনা মমাইবা ৫ মান। চিংহন্দুনা চুপশা মোইথেম নাইনা লাই-শোল তিনশোল শোলহন্না লৈবাক মরা চেৎহল্লে। নোংথৌ মরাঙ কায়হল্লে। সনা মৈতৈ লৈবাক্তা অশি অনা লৈহন্দনা শাথোঙ লানথোঙ থিংহন্দুনা নুংঙাইনা মরাং কায়না কুইনা শাংনা অহোঙ অচাউ থোক্না মুপি নিপা ২ মা পুক্লিং লৌশিং থোক্না হয়াউ তরাম্না ফিশেৎ চাকচা বাত্তনা পালহল্লে। মমাইবা লোইশঙনা সনা থৌগল লোন্‌ চীংঙ্‌না তাকপি তম্বিদুনা

তৌহল্লবগী সনা থোগললোন্দি অসিনে। অসিবু তৌদরবদি, লৈবাক নুংঙাইরোই রাগদনে হায়না লাইনা হায়রম্বা রানে অসিবু তৌদ্রবদি থরাই ৫ মা শুরগনো হায়রময়ে।, চৌংঙু লাইগী রাথংনে। চৌংঙু অতিয়া শিদর্‌বদি থোইয়ম লাইনে। চৌংঙু মমিংনা মরোল ৫ মাবু তূই হায়বগী তুবি কৌয়ে। মনুং মপাল ফাউনা পাল্লে হায়বগী নুংপাল কৌয়ে। অমদি শলাই ৯ মকপু তানা পোকয়ে হায়বগী মমিংবু নুংপাল লুবাং শম্বু বা কৌনা, চৌঙু লাইনা কোলোয় থোনবিয়ে। অসি লৈবনা লুবাং শলাই য়াম্বা নুংপাল পাংচ-হকপা হায়না চৌংঙু লাইনা কোলোয়নজুনা হৌজিকমক্কী ওয়া কৌনরিয়ে। চৌংঙু মতিক লৈববু থংন থুংতম ওইনবা সনা হিরেন মনাউদা নুংপাল লুবাং[১] পুদাংকু থুংকোয়বগী মকোক্কা তোংহল্লিয়ে অমদি নিংনা উরিবা থুংতমনে। থোইমুম শিদবনা হিনাও শারেদা হায়না ঈছে ওইনা শক্লেয়ে।

হিন্ধু হিনাউ শাবগী শিন্নোন

হিন্ধ হিনাউ শাবগী লোয়ন-শিন্নোন্দি শমু মথুক্তা শামূ মউন, শামু মতিঙ, লাইরেন মহাউ, মশীঙথা, মক্ক. মমিং, কৈমডউল, থুর্জিল, মহাউ, মথা, ময়া, মরৈ, মনা, নাকোং, মমিং, ওক, শজি, শঙাই, থারিশা, শনম্ব, থেঙ্গু, রাইথু, অসিনচিংবা শারম.ঙারম অয়াম্বগী মক্ক ময়া, মকোই, মউন, মমিং, মহাউ, মশিংথা অসি থময়ে। উচেক রাম্না অয়াম্বা খৈবিক্কী মশা, মতু-মমান অয়াম্বা। ঈশিংদা হৌরিবা, ডানচিংবা লৈরিবা অয়াম্বা খৈবিকমকস্থ থাকপা লৈতনা হেন্তাক

১ পুদাংকু, থুংকোইবা-লুবাং শুরু পুনশিবগী ময়াম্বা, থবক শু-নোম্বা হৈতবা

অরিবা অসিনচিংবা শুগ্ননা হিক্ক হিনাউবা, ঙাক্লংবা অসিদা পুন্না থুময়ে। অদুগা মখোয়না খাঙয়ে। সনা চিন ঙা খল্লে। লাই ত্তিনগী ঙা খাঙয়ে। লং নত্তবা থৌরিস্পুং তায়য়ে। মৈতৈ অছৈবগা পেন্না খোংবগা অনিমা অমত্ত ওইনা সনা থৌগন ফম্মাং চঙবদি য়াকৈরোন চঙয়ে। ফমথৌ মহ্নিশাংনা খঙয়ে। খুদম ওইহৌয়ে। লাই তিনগী ঔগ্রি শকয়ে। সনা লমওক শকয়ে। তেংথা অছৈ অয়াম্বা শকয়ে। [১] অহিং য়াওন্‌ য়্নৌনা শকয়ে। [২] লংমাই খোনলোন শকয়ে। মীকোন থাকোন শকয়ে! অস্তুম তেংথা লিরোনছৈ অয়াম্বা শকয়ে।

হাউপান্নবনা, চীংশাং লম্বুনা শওম মশীঙথা লাংহৈ মথিবোং মকে, শারাম, য়ে-নখৎ, য়েলাইচি, লৈখাম, শমচেৎ শানবা য়াং-গেন, চমেন, উশোংভু, ময়াংক্কাক মতু, চীংথ্রাউ, ব্নোকশোঙ সনা শঙ্গাইগী, পরিঙগী য়াইরি মরিংলী হাউপান্নবনা পান্নেয়ে। উন্নীকাং উথাউশূক, তেমগা কোন্নবা য়েৎপু, ফিশা উতোং, উথাউগী মথৈ হাউপান্নবনা পান্নেয়ে। অসি থৈবিকমক খোংলোয়দা পীহ্ননা খোং-লোয়না খাঙয়ে। মরীংলীদি উক্লংবদা পিয়ে।

খোঙলোয়গী শিন্নোন

খোঙলোয়গী শিন্নোন্দি নাপী শীঙবী, নাপু-নাশেন্ন-চিংবা খাঙয়ে। শিদ-লৈ, নাদ-লৈ লৌক্রৈ, চাক্রৈ, পুংফাই, উ খোক, বা খোক, তাইরেন, নাউহিং মুকথ্রুবী, উশিংশা, লৈখাম, য়েনশিল, য়েনপোৎ, যাঙ্গেন, হাউনা,

১অহিং য়াওন্‌=মিকপ খোকপা। ২লংমাই খোনলোন=মোংঙান্নমদাই ঔছৈ।

ফোলাং, ওকহিদাক, হোঙলু, নিংথৌখোংলি, তেনহৌ ( তিলহৌ ), চনম অসিদি চকপা, কৌক্রুক্লা কৎলে। মরোয় পুম্নমা মখোয়না খাঙনা কৎলে। সনা কাংক্রুকসু থললে। সনা য়াথং নীঙশেনবনা হাইদোক্লবগা পাখোন চৎলে। খোঙলোয়গী লোয়ন শিল্লোন্দি অসিনে খঙও।

পনলুংবা মরোয়গী লোয়না শিল্লোন

পনলুংবা মরোয়গী লোয়ন শিল্লোন্দি পানা ৪ মানা পিথুনা থল্লে। পানা অমনা মী ১০। ১০ থোক্লা মী ৪০ না ওইনৈয়ে। ১০ অমনা ঈথিং পম্থিং ঈথৈ লৌখোং লমবেল থোং কয়রোয় হিদেল ৯ মক্তা ফত্ত-হৌথি য়েংয়ে কয়রোয়না চাক থাঙয়ে। মী ১০ অমনা খুৎচুম পেরে পিয়ে। শোয়রবদি নিংথৌফি-ময়েক লা-দে খামেন চপ্পা মচু ফত্তে। অসি শোয়দনবা তৌহল্লে। লাই শিদবা, ঈরৈমা লৈমরেন শিদবীগী পনলুংবা মরোয়নে ( মরুপনে ) লাইগীসু থোগৎন্নেয়ে।

তখেন পুংয়বগী লোয়ন শিল্লোন

তখেন পুংয়বগী লোয়ন শিল্লোন্দি না-কা-না য়েয়ে। লাংতে পুং য়েয়্নে। শেন য়েয়ে। চায়ন মরা শেৎতুনা চুকোই শাইয়ে। পাঙন্না পেরে লাউবি খোংগনি। নোংমৈ কামার থায়য়ে। শা-লান, লাই হিংচাবা ফত্তবা খৈ-বিক চেলহনগনি। শাঙম-লানঙম্বা পুঙ য়েবনে। পেরে লাউবি খোংলিবনে, নোংমৈ কাপ্পনে। মখোন মরোল থোকহনগনি। সনা খোংলেংবদা মোইবুং খোংগনি। তৌলাউবী খোংবনে। পেনা

থোংগনি। আরাম্না চৎলবদি না-কা-না য়ৈগনি। ষনগী মওন য়াল্লে।

পা-না খাঙবগী লোয়না শিল্লোন

পানা-খাঙবগী লোয়ন শিল্লোন্দি সনা চিন পানা চললে। পা-না উপ্পা মখাঙয়ে। উরী পা-না খাঙবা, পুলৈ মানবী, লৈশং, উ অখাবা, য়াংলি য়োইবু য়োইহৈ পুন্নমাগী ফি য়ান্নবা য়াইরী, শঙ্গাইগী পরিঙ মফৈ য়ান্নবা য়াইরী অসি খাঙয়ে। পুলৈমানবী পা-না খাঙবা, উরী, উ অখাবা, য়াংলী অসিদি মাইবনা তনজা চন্দুনা মথোয়না খাঙয়ে। ফিয়াল্লীদি উরুংবনা চল্লে।

খোইরুংবগী লোয়ন শিল্লোন

ঈরম ঈপান তাবশিংদগী কোঙপ্রন থোয়ে হি খোইরুংবনা কুমশূবীদা শিন্নেয়ে। নুংঙৌ শুন্নু তম্বা মথেম্নু মথোয়না তৌয়ে। হিচাং শঙ্গাই শেনবনা পরেংদগী ফিরাল লাংমৈ থোয়ে লাই ষনস্নু থোয়ে। হিচাং ওকলুংবনা ওক্লোই মথুস্রা ওকথহন্দুন ওকপান থোয়ে। খোইরুংবনা খোইবান মতমদদি ওকপান চৎলি।

কাংগী লোয়ন শিল্লোন

কাংগী লোয়ন শিল্লোন হায়রক্কে। য়াঙৌ, শামু নমবেন, খে ভিঙনবা খে উতোং, কাঙ্গু, শাতৌ খোম, মাইয়োকফা, হৈনাকোন্দোন, উরী শেপ্রে, পিয়ান লংকাই, পোংবরা, উরী সুকান্নী, উরী অখাবা, কবোক্ষি, য়াশংচা, কবোথুম অসি থৈবিক্তি পোৎশংবনা চৎলে। অতৈদি মথোয়না তৌয়ে খংও।

কবো নিংখোগী চাংকৎতি

কবো নিংখোগী চাংকৎতি ফিদা, ফিপোং অভৌবা লেংবান্দা য়ান্না পুইয়ে। শেনগী ক্লাশেন মনা পানবা খুদৈশেন পুইয়ে। চোঙ অঙাংবা পুইয়ে। হুমাই, থাঙ পুইয়ে। পোংচাদি পলেনদগী ফৌপোং ৬০ ফংজৈয়ে। য়াইচা লমপোং ৭ চায়য়ে। থুমপোং ১ ফি ৬ ফংজৈয়ে। খুদৈ পানা ৪ মক্কী লোইচিন ৮ চিললে। লোইদি পনলে। থুমখোং পনলে। কবো লৈকাইগী মন্নু লমশাং চায়য়ে। ফম্বাল কাবদা শেন-পোং পুইয়ে। খুদৈগী উন্নুংতা খুলাকপদি ফিদা ফিপোং, শেনগী ক্লাশেন মনাপানবা, চোঙ অভৌবা থানলে। থুম ৩০ চায় লোইফমদি আশৈমোন মন্নুলম, পান্থলম।

লুপ্লাকপদি ফিংপোং অশংবা, ফিদা, ক্লাশেন. পে থাল্লে। লুপ্লাকপা ৪ মাকী লোইচাদি খোংথাং চায়য়ে। উন্নুংতা খুল্লাক পনচিংনা খুল্লাকপা ৪ মানা ফম্বাল কাবদা সনা কাংহাই থাললে।

লৌরুংবগী শিল্লোন

হৌজিক্তি লৌরুংবগী শিল্লোন য়া হায়রক্কে। লৌরুংবগী শিল্লোন্দি লোকোক ইবা চৎলমদাইদা সনা থাদা খুরুমলৈয়ে। কাররুবস্যুং খুরুমলৈয়ে।

লোকোক ইবশিংগী পোৎচা

লোকোক ইবশিংগী পোৎচাদো অময়ক হায়রক্কে। লোকোক ইবশিংগী লৌ পরি ১ শেন চামা চেগীগা লাইরিক ইবগীগা শেন ৫০ নে। লৌ নৌনবদা পরি অমদা উরোংগী শেন চামঙা, লৌথায়দা শেন লিশিং অমা লৌপীদা লিশিং অনি। পীবা য়োনবস্যুং লৌয়েৎ চাকং চায়য়ে। পোত্থাং চৎলে। লৌ-হু ফংবদা লৌ পরি ১

ফৌপোৎ ৬০ নিংথৌদা কৎলে। লৌরুংবনা শেন লথা অমা লৌয়ে। লৌরুংববু খৎন-চৈন যাদে। সনা য়াথং লৌ গুনক্রবদা লৌরী য়াম্না লৈবা হাউরৌ পরি ১০ দা লৌরী খায়রে। তম্পাক লৌ ১০ শঙম ২ খায়রে। লৌ মুম্নরবগী ফৌ থোইথোক্লবগদি থবাই হাৎলে হায়বগী বাকোং নাই অমা লৌয়ে। উরোং শাৎলবদি ইরোই অমা লৌয়ে। চাকচাদি লৌরুং পুরেন অচৌবনা ফৌ চাং কোৎ ২ পানা পুরেন্না চাং কোৎ অমা লৌরুংবা মচা পুম্নমানা পোৎ ৩০ অসি চায়ে।

অঙৌপানবগী ফম্বাল বাঙ্গোন শেনখায়

নোংবাল অঙৌপানবগী ফম্বাল বাঙ্গোনগী শেনখায় শিল্লমদি মৈতৈ লৈবাক্কী থোগন মীকোক অমমমদা শেন চামঙা লৌয়ে। চৌংলোই তম্নোইদি অঙোমগী মখৈনা তৌয়ে। পাৎতি মভিক য়েংনা লৌয়ে।

তমফা খুরাই লৈমগী বাঙ্গোন শেনখায়

তমফা খুরাই লৈমগী বাঙ্গোন শেনখায়দি অঙোম শলাইগী মখৈ শেন ৩০০ লৌয়ে। মশিন চঙবদি লিশম্না চঙএ, লৌ শাইয়ে। গুননবা শূমবন্দি শূক ফানস্থূ অস্রোনা কৎলে। চাপোক ফান্দি শামু শানা য়েকয়ে। থোময়িন ফান্দি শঙাই শানা য়েকএ। মশিন বাঙ্গোন পুম্নমা চঙয়ে। নিংথা নাহোংদি থুননিংঙোনবীনা শাইয়ে রাংলেনবম্না সনা লৌকফক শাইয়ে। তৌ-দি কোংবদগী য়াল্লে। মৈবা বাদি শিংখাঙবম্না বারোক্কগী (অঙোমগী বারোক্কগী) য়াল্লে। মৈবা উদি লংমাইচিংদগী শয়োম উ য়াল্লে। নাউকমদি কয়না

ফুময়ে। কয় ফংগ্রবদি রাংলেনবম্না ফুময়ে। নাউফম ফুম্বদা য়োং মখোক পানবা ১ থাঙ মখোক পানবা ১ থুকউ-থাঙ ফিবোং ১ কোনয়াই পু ১ অসি য়াউয়ে। হৈথাম্না ইরু মাইত্তাইয়ে। খোং খুং শেংয়ে। শিন পুম্নমা খুংথায় চঙয়ে।

কংলৈ মৈতৈ লৈমগী চাপোক রাঙ্গোন মশিল চঙবগী বাবু হায়রক্লে। নাহাকপমনা মৈবা চিংয়ে। মৈয়েংবম্না মৈ য়েংয়ে। মৈকাম্বম্না মৈ কাময়ে। মৈহৌবম্না মৈ হৌয়ে। রাঙ্গোন শঙবম্না রাঙ্গোন শঙয়ে। নাউকনবম্না নাউকল্লে। পোং য়াউদি :—খোংহামশেন ১ চাইথ-শেন ১ খুদৈ ১ থরুং ১ ফিজুম ১ অরাম্বমগী খুজাই ১ খুদৈ ১ ফান ১ যাওনা নাউফম ফুময়ে। থাউদেম্না লা লাঙয়ে। লিশম্না লৌ শায়য়ে। থাইরাকপম, তেনগুবম অনিমক্না ফক শাইয়ে। নহাকপম, খুম্থৌবম অনিনা য়া-নফক শাইয়ে। পোক্লক থুনাম্বদি অক্লবম্না শেংঙে। নাউফম ফুময়ে। অশাংবম্না মায় তাইয়ে। খোং খুং হাময়ে। অরাম্বম্না ইরুইযে। নাউয়োইবম্না থা ১ অঙাং লৌয়ে। নিপা পোক্লবগা নিপানা লৌয়ে। নুপী পোক্লবগা নুপীনা লৌয়ে। নাকনবম্না হুমাই হুময়ে। শাদোকপম্না চউময়ে। তৌইবিজম্না [১] কোরি থরাউচি খোংয়ে। থৌবান্দোংনা ফু শাইয়ে। লয়পেকপদি থুরাই মরক অসিদগী পেকয়ে। ময়াং ইরম্পনা লুপয়ে। থাঙ শাবদি নাউশ্রম্না শাইয়ে। নাউশোংফান, খোময়িনফান, ফু শা

কংলৈ মৈতৈ লৈমগী চাপোক রাঙ্গোনশঙগী মশিশ শিরোন

[১] কোরি থরাউচি=কোরিনা শাবা বেজ্‌লগুবা খোংনবা যন্ত্র।

ফান,-ফু য়্যৈচৈ, লয়তাফান, লয়শূ-শৃক্‌ শফু থমবাল অসি থৈবিক্তি অন্দ্রোগা, শোয়চা কামেংগা অনিমানা য়াল্লে। কোন্নস্কি, য়ান্ন-ক্কি অনিমাদি মপুম্না শাইয়ে। অঙোমজাম্বম্না লিক, খুৎশি, খুৎচুপ শাইয়ে। অহৈবম্না খুজাই তেঙ্গোৎ হৈয়ে। শেঙম্না নাউফম শেন য়্যৈয়ে। শিনাইবনা শাইরুক শাইয়ে। অয়েকপম্না নাউফম ফান লয়তা-ফান পুম্নমা য়েকয়ে। ফিদি কুমফিনা খাঙয়ে। থুমদি শিখোংনা খাঙয়ে, য়োৎতি ককচিংনা খাঙয়ে। শীঙখাঙবদি ময়াং শীঙ খাঙবনা খাঙয়ে। শেন্দি পাৎচনা খাঙয়ে। খায়বদি য়ূমকোক্‌পা খায়য়ে। য়াঙ্গোন শঙ হোৌবদা কোনয়াই পু অমা ফৌ শংবাই ১ লিকোন, শেন কাগুপ, থুম, ঙা পরেং, হৈরুক পানা অথুম অহাউ, থাংমৈ, য়েনথেন ২ শঙকাবদা লাইনিংথৌগী ফৈজোম, ইম্নফি খুদৈ, লাইরেম্বীগী ফনেক ইম্নফি, ফমগী ফিরাক ৪ থাথন. লফোই, চু, হৈ পানা ক্কা, লৈশংনে। মাইবগী তরেৎ শেনচা শেন্দি লিশিং ৫ চায়য়ে।

শিনলংবা শিনলাঙবগী শিন্লোন্দি থৌবান্দোংনা লয়পে-কপদা নাহৈথাং লয়তৌ-য়োৎ, খাবৈ, চেগপ য়োৎশৌবি, শরেং, ঙাতেন, থুম, মোরোক, চেং, লা, চফু, ইরাল য়েনশাং নাপি, কোনয়াই, [১] খুনেৎ য়োৎ, [২] খুনেৎশেন লয়তৌ-তোক, ফমগী ফিরাক ২ লায়োম ফি, অথুম অহাউ, পানা ক্কা, লৈশং অসি য়াউগনি লয়ফমদি কোংব

শিনলঙ শিন্‌-লাংবগী শিন্লোন

১খুনেৎ য়োৎ-লাইগী, য়োৎনা শাবা ফাল খোংদাফম। ২খুনেৎশেন-লাইগী য়ুদা-শেম্না শাবা ফাল।

মঙ্গুংদা লৈয়ে। লিশন্না লয়পেকপদা লাইগী ফম-ফি ফিরাক ২ কোনয়াই খুনেৎ য়োৎ, খুনেৎ শেন, চফু, ইরান, খাবৈ, চেগপ, য়োৎশৌবি, শবেং, ভাতেন, থুম, মোরোক, লা, য়েনশাং, চেং, লৈ চু, হৈ, অথুম অহাউ পানা কা লৈশং, লয়তৌ-তোক, নাহৈথাং, কোনয়াই অসি খৈবিক য়াউয়ে। লয়কমদি হাউখ-দনে।

থাউদেম্না লা লাঙবদা নাহৈথাং, লারেন থাঙ্গোল, লায়োমফি, ফিমু খারোন, শরিক, ফিরাক ২ চু, হৈ লফোই, হৈনম নাইবা, অথুম অহাউ পানা কা লৈশং কোনয়াই অসি য়াউয়ে।

নাহাকপন্না মাইবা বা য়ানবদা মাইবা থাং, শংগাই, নাহৈথাং য়োৎখুনেৎ, শেনখুনেৎ ফিরাক ২ চু হৈ লফোই অথুম অহাউ কোনয়াই পানা কা, লৈশং অসি য়াউয়ে। সনা লিকফকী তৌ য়ানবদা খুনেৎয়োৎ. কোনয়াই, চু, হৈ, লফোই, অথুম অহাউ, পানা কা, লৈশং ফিরাক ২ অসি য়াউয়ে। লাইফমদি লাঙ্গোন্দা, তৌ-দি নুংজেংদগী য়াল্লে।

ময়াঙনা থাউ, খোয় লেন্নবা শাবসা ইরুপ ফি ১ ফৈজোম ১ ইন্নফি ১ খুদৈ ১ য়োৎশৌবী, খাবৈ, শরেং, ভাতেন, চফু, ইরাল, থুম, মোরোক, চু, হৈ, লফোই, খুনেৎ য়োৎ, শেন, খুনেৎ, কোনয়াই, অথুম, অহাউ, পানা কা, লৈশং—লাইফমদি কোংবদনে। নাউশেংফান, ফু-শাফান, লয়তাফান, অসি য়ানবদা লমজিংলুইয়ে। য়েলহিং থানবা ১ নাহৈথাং ১ উতু শীঙজং ১, কমফি ফিরাক ২ চু, হৈ, লফোই, পানা কা, অহাউ অথুম, লৈশং, খুনেৎ শেন কোনয়াই অসি য়াউয়ে। লাইফমদি নোংমাইজিংদনে।

শিন্ হৌবগী লোয়ন-শিন্নোন্দি রাঙ্গোন থা ৮ শুরবগা মুমিৎ অফবা য়েংহুনা শিন্ হৌগনি।

শিন্ হৌবগী লোয়ন শিন্নোন

থৌবান্দোংনা চফু ইরান শাগনি চফু শাবদা শেংপা ফনেক ২ কোকথুম ফি ২ খুকউ-থাঙ ২ লৌ শাবদা ফি ১ মৈয়েংবদা ফি ১ মৈকাম্বদা ফি ১ মৈহৌবদা ফি ১ সনা লিকফক শাবদা ফি ১ লাইকন ফক শাবদা ফি ১ মাইচৌদা ফি ১ তরেং শেঙ্গা শেন লিশিং ১দগী লিশিং ৫ ফাউবা পিগনি। থাঙ শাবদা ফি ১ কোন্ শাবদা ফি ১ অহৈবদা ফি ১ শেন শাবদা অয়েকপদা ফি ১ শিনাইবদা ফি ১ খোয়রেন থাঙ শেম্বদা ফি ১ হি শাবদা ফি ১ খুৎদৈবদা ফি ১। য়া-নফি কোম্নফি শাবদা ফি ১ পাইজ শৃবদা ফি ১ থাউদেমদা ফি ১ নাকনবমদা ফি ১ শকপ্পমদা নাউরোইবমদা ফি ১ আশাংবমদা ফি ১ আরাম্বমদা ফি ১ অরুবমদা ফি ১ তোইবিজমদা ফি ১ রাঙ্গোন শংবদা ফি ১ শিংগুবা ৫ মক্তা ফি ৫ লোইকাফমদা ফি ১ অসি পিয়ে।

থা ৯ শুরবদা হুইথোং ষনথোং ফাৎপদা নাচৈ ২ য়েংপু ২ উতোং ২ তেম ১ কোনয়াই পু ২ অথুম অহাউ, চু, লফোই, পানা ক্বা, লৈশং. হৈনম নাইবা অসি য়াউয়ে।

চফু য়িকপদা ঙা পরেং, ঙখা. ঙাচিং অসি য়াউয়ে। লা য়িকপদসু অহুম য়াউয়ে।

কংলৈ মপু নিংথৌরেনগী সনা ঈ লাইহুইথরবদা মরুম লৈতবী লুখ্রাদি মাইয়োক্লবা য়াদে। পোক্লবগা মাইবীনা খোয় লেপ্লে। খুম্হৌবমনা লৈবাক তৌয়ে। অরুবম্না নাউফম ফুময়ে। নাউফম ফুম্বদা য়োং

নিংথৌগী ঈ দাবী শমথবগী শিন্নোন

মখোক পানবা ১ খুকউ-খাং ফিপোং অমা কোনয়াই পূ ১ অসি য়াউয়ে। অশাংবয়া খোংহাম মাইতাইয়ে। অরাম্বমনা ইরুইয়ে। য়ুপান খাবদা লফোই লফাং চঙ থোকপা ৪ হৈনম নাইবা ২ চু, হৈ, অথুম অহাও, কা, লৈশং অসি য়াউয়ে। [১]য়েনথেন ২ ফনেক, ইন্নফি, শেন লিশিং ৫ অসি খোময়িনবীদা পিয়ে।

মাইয়োক্লবিদা য়েনথেন ১ ফনেক ইন্নফি শেন লিশিং ৫ পিয়ে।

য়িম শেংবদি পাৎচনা ফি শুইয়ে। পাৎচগা মাইবগা অনিমানা তাইরেন্না পুংফাইনা নাহৈথোকয়ে। মবেল য়োকচবীনা অঙাং পময়ে। ফনেক ইন্নফি হোংয়ে। থা ৩ শুরবগা চউময়ে চউম্বগী পোৎয়াউদি চেং, ঙাহৈ, ঙাচিং. ঙমু, ঙানোয়, পেংবা, ঙখা, [২]ঙাশীং অসি শুনা য়াউগনি। চাক ইনবদি শাদোকপন্না ইল্লে। অসুন্না মৈদিংঙু নাউদারবী লৈমদি শেন চনি চায়য়ে। অপানবীদি শেন মঙা চায়য়ে। ভূ অয়াম্বদি শেন ৩ খায়য়ে। রাঙ্গোনশঙদি কয়রুংবনা লৌয়ে। চাপোক শঙদি মবেল য়োক-চবিনা লৌয়ে। চউম নাইদি কয়না কৎলে। নাই মথৈদি পানা ৪ না পিয়ে।

মৈদিংঙু নাউদাগী সনা ঈদা নিপা পোক্লবদি মাইবিদা লৌ অমমম পিয়ে। মুপি পোক্লবদি পিদে। নিংথৌগী লৈমলেনদি

১ য়েনথেন=ইনশাং নাপি য়াউবা পোৎচৈ (শিধাগী পোৎ)। ২ ঙাশীং=ঙা জাৎ অমা

নিপা পোক্লবস্থ মুপি পোক্লবস্থ পিবা হৌনৈয়ে। নিপাদি চউম্বদা মপু লৌরাংবনা পোৎলোয় শুনা কৎলে। মুপি পোক্লবদি মবেল য়োকচবীনা নাউরোইবি অত্থদা পোৎলোয় শুনা কৎলে। চউম্বগী চেংদি ফৌগাক, শংশঙবা, ইরোইয়া, [1]ফৌদোংবা, শগোনম্নাংবা, অসি খৈবিক [2]রাকচিঙ্গনা থায়য়ে। তিংশোংনা য়াংকোক্তা, লোংগা কৎলে। খোইবু খুনৌ, খুলেন ২ না ফক কৎলে। খোঙঙা খুন, নাম্বা অনিনা মেন য়াই, কোরেক, শুমজিং অসি কৎলে। রাঙ্গোনশঙবম্না বাঙ্গোনশঙ শিংলে। অরাম্বম্না চাপোকশঙ শিংলে। মুমশেংবা মুমিন্তা পাৎচহনবদা ফিরোই অশুবা ১ কৎলে।

য়িমজাউ নাউদাগী লোয়ন-শিল্লোন্দি :—য়িমজাউ নাউদা পুম্বদি নিংথৌনা শিরগা মৈ কোয়বা চঙয়ে। মৈতৈ লৈমনচিংবা ইবেম্মশিংনা শিরগা মৈ কোয়বা চঙয়ে। মৈকোয়-নাই পিয়ে। লৌ পিয়ে। লৈম শিজগী বায়েল তৌয়ে। নিংথৌগী মচা শিজ লৌবদা নাই ১ তাল্লে। শিজ অয়াম্বা লৌবদা ইরোই অমা তাল্লে। মপা চৈরবদি নাই তাল্লে। থাইনরবদি ময়ুমদা লৈবমথৈ লৌহনা চায়য়ে। নিংথৌগী মতুবু লৌরুরবদি মশল মনাই লৈবমথৈ তুম্না লৌতুনা মমিমফাউবা য়াম্থেকয়ে। ইংখোলদা হৌবা উ রা পুম্নমাক্স লোইনা য়াল্লে। নিংথৌগী থৌথোক লাক্লবদা লৈম,

য়িমজাউ নাউদাগী লোয়ন শিল্লোন

১ ফৌদোংবা=কৌতুম। ২ রাকচিঙৈ=কয়রোয় মথল অমা।

শিজ মরানা চগুম শেংবা পাম্নে। লাইয়িংথৌ পাথংবগী শঙ শাবদসু পাম্নেয়ে। শেন লখা চনি পিয়ে ( ফংয়ে ) নিংথৌনা ফম্বাল কারবগা লাইম্নিংথৌ পাথংবদা অথেনপোৎ শেমহনা পোৎ লাল্লে। নিংথৌদসু পোৎ লাল্লে।

পোৎচাদি রাংথৈলাকপম্মা রাংথৈ থুমযম চাই। রাংথৈমযুম্মা ফম্বাল নাই লৌয়ে। খ্বাইরাকপম্মা সনা লিকফক শাবগী ফৌ পোৎ ৬০ লৌয়ে। নোংমৈকাপ্পম, তেনগুবম অনিনা লৈমা অয়াংপি পুবগী ফৌপোৎ ৬০ লৌয়ে। য়ুমজাউ নাউদাদি লৌগী, ইংথোলগী মথৌ লৈতে। লম্বীগী, থোংগী শেনথায়, থুমথায়, রায়ান, রামৎ ইরাই চংফদে। ফমদা কানা রামৎফদে। খংনবদা মাবু চৈরবদি ইরোই ফায়য়ে। নিঙোল মরা ভমফা সনা মতৈ, ইংঙোশিং শামী লাম্মী খনফদে।

ক্ষেত্রিগী লোয়ন থোগন শিল্লোন

ক্ষেত্রিগী থোগন শিল্লোন্দি ঈশিং শোকয়ে। সনা চিল চেংপাক শুইয়ে। লাকখোংদা সনা থোগন ভাইয়ে। সনা থাঙ থাললে।

কংলা শঙবগী লোয়ন শিল্লোন

কংলা শঙবগী লোয়ন শিল্লোন্দি নিংথৌনা ফম্বাল ভোংলবদা কংলা রাই তৈয়ে। থাংমৈ থাল্লে। ফিদা পুশিল্লে। কৈরাক থুদা নময়ে। ফমদোংবা লোইরবগা পোৎ অয়াম্বা শঙয়ে। লৈমতাকী হাউনা নুং পুইয়ে। নুংঙৌ য়িকয়ে।

নাউখিংখোং নিংথৌগী খু:গী শক ৬৩২ শুবদা চৎলম্বা শিন্লোন

মৈদিংঙু ক্যংবৈ নিংথৌরেল নাউখিংখোংগী মতমদা চৎলম্বা শিন্লোনবু নিংথৌ মাংদা হায়জরকে। হে নিংথৌ য়াইফবও! পূক্লিং পিনা নাত্তাবিয়ো। হৌজিক্তি নয়ু নবুখোশিংগী লোয়ন শিন্লোনবু ঙাক্লা অরাং অহেন য়েংনা শিন্লোন খায়নববু অমরক্লা হায়জরকে।

নিংথৌনা শিরবগা পূরৈ লৈকোয়বা মথৌ য়াঙ্গেনবগী শিন্লোন চঙবা হায়বকে। নাকমবমগা পাঙ্গৈজমগা অনিমানা লম্বাল মীকপয়ে। থোঙংম্মা য়াথোকশঙ শাইয়ে। তোকপম্মা মং তৌয়ে। অয়ামনা মংফম চাক থিল্লে। মংথোং থিংয়ে। মংফমদা চাক থিনবা লা-দি থাউদৈজম্মা খাঙয়ে চাক থোংনবা শীঙদি চিঙ্গাংবম্মা খাঙয়ে। কুমঙন থা শিরবগা মুমিৎ থা শুরবগা অয়াম্মা মংথোং হাংয়ে। মংথোং হাংবদা লয়তৌ-য়োং নাহে-খাঙ, খুৎনেৎ য়োং, ফিরাক ২ চেং, লৈ, য়েরুম, সনা, লুপা অসি য়াওয়ে। ঙৌবদি তোকপম্মা তৌয়ে। শাদোকপম্মা শৎতোকয়ে। মচুম মনাই থুনাম্বদি শিয়াৎপম্মা শিৎতোকয়ে। আথামনা শম শেংয়ে। হনম্ব আথাম্মা লৌথোকয়ে। শরু খাইদোকপদি শরোংখাইবম্মা খাইদোকয়ে। খোইরোম্মা লু চাময়ে। লু অয়াম্বদি লোইতোংবম্মে, খোইদিংজমনে, লোঙুজমনে, অহম্মেমনে অকোয়জমনে য়ুম্মাক ৫ মা অসিনা চাময়ে। অরোইবদি অমাকচম্মা চাময়ে। চামনবা লেংদি তিংশাংনা কৎলে।

অত্তদা হাপ্তুনা চাময়ে। হকচাংশী উন, তোং, মরেক, মহাউ থুনাম্বা তাম্বিবা থৈবিক্তি সৌগ্রাকপম, থোইবম, শামাস্ত্রাম, য়িম্নাক ও মা অসিনা শাকু বালোংদা হাপ্তুনা ফুময়ে। চক্ষু ব্রালোংস্থু মখোয়না শাইয়ে। লু অশেংবহু য়োম্নবা ফিদি খিমলেংথম্না শাইয়ে। হংলেমগা কনোক্কা অনিমানা পোরোমথোপ থিগ্রে। থুমিং ৫ নি লু ফোয়ে অতুগা থুমিং থা অফবা য়েংহুনা লু চল্লে। 'পুরোহ লয়কোয়বগী শিংলোন্দি অসিনে

: পুরোহই লয়কোয়বা=মখৌ য়াকেনবা, শ্রীকৃষ্ণবা শোনবা।

মৈদিংঙু কিয়াবা সনা হাকথক্তা পুথোকপা কৈথেল

মৈদিংঙু নিংথৌরেল সনা হাকথক্তা পোং নিংথৌ খিথোম্বগা মৈদিঙুংগা অনিমানা [১]কাঙপোকপি খোংনাংবু অব্রাং কৈথেল লাইতিনকোন্দা পুথোক্লনা থময়ে। খা বাং কৈথেল অনিমাগী বাবু অমরক হায়রক্কে। কৈথেল ৩ মক্তী মমিং ৩ বু ২ মক্তী মমুংদা লৈরে। অসি লৈবনা কৈথেল মমুংদা মী কনাগুম্বা অমত্তনা খোংউপ উপ্পা, ফিরুক খুম্বা, পে খানবা, ফিদা পুবা থাঙ, টা শূবা, উতুপ থেঙ্গু শূবা অসি খৈবিক তৌহৈদে। ফৈদানা যেংতুনা পাম্নৈয়ে। অমদি মী কনা অমত্তনা মপোং মচৈ মাঙবা তাহৌবা পোংপু পাক খুন্না লৌফদে। মী ২, ৪, ৫ গুনা খঙতল্লবগা ফৈদাদা তাক্কনি। ফৈদানা বায়েন খঙনা তৌগনি। য়ানত্রবদি লাক-খোংদা বায়েন তৌগনি। অতৈদদি তৌফদে খংও। অদুগা কৈথেন্দা মীফা মীপুনহৈদে। পোংথোম চৈথোমফদে অদুম তৌরবা মীদি নিংথৌগী ঈড়াং থৌনি তৌনৈম্নে। মপোং মচৈ মাঙজৈয়ে।

নিংথৌনা কৈথেল থোক্লবদা মীয়ামদি কমগনি, ইনলুম খানক্লদে, লাঙ্গোন-হৈ, মোইরাং য়িকোন হৈ ২ নাদি লাঙ্গোনহৈ খুদোং ৫ মুমিং ৫ নিগী মোইরাংহৈ খুদোং ৫ মুমিং ৫ নি ফৈদানা হৈক্লংবিদা চললে। হৈক্লংবিনা সনা লুকমাং শেম্না থময়ে। ফৈদানা তাথোকয়ে। সনা থৌগন্দা শিন্নৈয়ে খংও

১। কাঙপোকপি—হৌজিক্কী ম্যুনিসিপালিটি ওফিস লৈরিবা মফম।

নিংথৌ শেনবগী লোয়ন শিল্লোন

নিংথৌ শেনবগী লোয়ন শিল্লোনবু অমুক হায়রক্কে। শেম্বক শেনখা, ফিদা, কাংহাই চকথাং ২, থাঙশাং ১ ফিরোই মরোইদি কোকখোন ১ নমথাং খুৎচং ১ নমথাং অরোনবা ১ লেংয়ান খুদৈ ১ ফুরিৎ, খাংচেৎ, লুকমাং খুদৈ অমা মরোল ৩ মক্কে। খোংয়েপ, খুদোল খোংউপ, সনা শকয়েং মেংশেল ১ খুরুম, খুজিম্থাং শেনখাউদা শমজেৎ শমম্বা শমথাউ লৈখাউ ১ শেনপোৎ অমগী মনুংদা সনা য়াথিন ১ শিংহুম, য়েন্দুম, কাতি পুমজাউ অসি হাপকনি। মরোয় অশূবনা তিনবা হিদাক মরোয় অশূবা হাপকনি। কোনয়াই, খোইরু খুৎপাইস্থু হাপকনি। লং ফি পুম্নমা অসিনা য়ারেকশঙদা শিন্নদুনা থমহনগনি। শেম্লুংবা নিংথৌ শেনবগী থৌখসলোনদি অসিনে খং৩।

য়ারেকশঙগী লোয়ন শিল্লোন

য়ারেকশঙগী লোয়ন শিল্লোন্দি সনা খুৎশূ শঙ্গাই অমা, থেঙ্গু, পাইজখুৎ ১ কাংজৈ অসি থময়ে। কাংজ্রুম কাংছ অহুগা সনা থৌগল তৌগদবস্থু অমুক হায়রক্কে। অহল্লুপ লাইফমগী লাল্লুপ্তা সনা থৌগল নুমিৎ ৫ নি পুহৈয়ে। নাহারূপ থাবম লাল্লুপস্থু নুমিৎ ৫ নি ৫ নি পুহৈয়ে। থৌগল মরোল খঙনা থলহল্লে। শেম্লুংবা ২ মানা সনা য়াথিল ৬০ চল্লে। [1]তুমস্থু তুময়ে। শেম্লুংবনা সনা য়াথিল থৌগনগী মহৈ লাইরমগী চাকচা ওইনা চাহল্লকয়ে।

---

১ তুম=শিংহুম ।

কয়দগী যেৌপোৎ ১০ ফংজহল্লে। অমদি শেলুংবনা থৌগনচাক চাগদবদি পানা শেলুংবা ২ অনামশং শেলুংবা অমমমদি পি। শেলুংবা অমনা লালূপ চুপ্পা চাহল্লে। শেলুংবনা ফংদরবদা থৌগনচাক ফংগদবদি মতিক ওকপা ফংজগদবদি নিংথৌ শেনবগী ফমদা হায়রগা সনা য়াথং লৌহনা পানা ৪ মক্তগী ৫। ৬ থমগনি। চাক চাহনগনি। থৌগনচাক কৌশিনবদি শঙ্গাইরেন শঙবনা কৌশিনগনি। শঙবস্ত্র শঙগনি। মুমিৎ ৫ নি ৬ নি থৌগল থোক্লবদা শেলুংবনা ফম্মাং চঙয়ে। ফম্মাং কৌশিনবদি খুঞ্জা শঙশেনবনা কৌশিল্লে। মতমদি মুমিদাং য়ুথক্তা কৌশিল্লে রাচেৎ মৈতান্দি নিংথৌ শেনবনা কয়রুংবা য়ারেকশঙদগী তাল্লে। মৈরা শীঙচেপ্তি শীঙখাঙবনা চঙয়ে। শেপ্পক শেনথা থাঙশাং সনা থৌগন পোৎ পুত্থনা চঙয়ে। শঙ্গাই শঙবনা রাই শিংলময়ে। মৈ হৌরময়ে। পোৎশংবনা ফিদা থারময়ে। ফম্মাং য়োৗরবগা "নিংথৌ অথোইবও! ননাইশিং সনা থৌগন মশীং শুনা চঙ-লকলে" হায়না হঙ্গৎকনি। রারী লীবা ঈছৈ শকপদা সনা থৌগন হঙ্গৎকনি। ফৈদানা শঙ্গাই মনুংদগী হৈরুক পান্না লৌথোকয়ে। অদুনা নিংথৌ শেনবগা কৈদাগা ইবেম্মশিংগা ও মা তিন্নদুনা থোঙ অপুম্বা সনা শেন চূম নম্মিন্নেয়ে। চা-ন চূম নময়ে চল্লে। থাবম লাইফম লাল্লুপ ২ মাদা লাইরিক যেংবা লোইশংনা রারী লীবা লাইরিক থীবা থৌগন চঙয়ে।

নাহারূপ অহল্লুপ লাল্লুপ ২ মানা ক্ষেত্রি লোইশংনা সনা থৌগন রারী লীবা লাইরিক. থীবা থৌগন চঙয়ে। মৈদিংঙুগী

মত্তমদা কুমফি, খোংবাং অসি লোই হল্লে। লাংমুংনা লেং ওইহল্লে, শামুপন পাগ্লে, ফৌ, থুম পিজৈরে।

মৈদিংঙু, ভুবি খাগেম্বা সনা হাকথক্কী শিল্লোন

হে নিংথৌ অপোইবা! নিংথৌ সনা খাদা নয়ু ভুবি খাগেম্বা লাইবেন নিংথৌ সনা মহাকথক্কী লোয়ন শিল্লোনবু অমুবক হাংবক্কে। পুক্লিং পিনা নাতা বিয়ো। নয়ু ভুবি মহাক থক্তা লোয়শঙ পূম্বা লৌংলক্লবনে। পোইরৈ পূম্না মাগী মাগী মশীন কায়হন্দনা তৌহল্লে। ময়ু মথক্কী চংনরোল শিল্লোন কায়হন্দে। মশীং হাপ্পা শিল্লোংয়ে।

নিংথৌ শেনবনা ফম্মাং মৈরৌংবদি নোংয়াই মতুং পুং ৪ তাবা য়ৌনা লিংয়ে। অদুদগী শঙ্গাই শেনবনা নোংঙানবা ফাউবা মৈশেন (মিংশেন) খাঙয়ে। নোং ঙানগদবা পুং ১ লৈরিঙৈদা নিংথৌ শেনবগা ফৈদাগা অনিমানা শেনগী চাজুম হৈয়ে। নোংঙান্‌পুং য়ৈরবগা "নিংথৌরেল অথোইবও! ননাই তয়মশিং সনা থোগল অয়াম্বা রান্নী লৌবা, ঈছৈ শকপা, লাইরিক থীবা, ফম্মাং চঙবা মীশু ফম্মাংদগী থোকচরে" অস্মুম হায়না ফৈদানা সনা নাক্তা চঙনা হঙ্গংচৈয়ে। অদুগী মতুংদগী অনিমা থোগন পাউ তময়ে। শশু ২ মাদা চঙয়ে। নোংঙান পুং ৩ তাগ্রবগা লাকথোংদা

খৌগন পাউখোন চঙলকয়ে। লাকখোংদা ফৈদাগা যনখোম তংয়ে থুম-চৈদি কয় বিচারনা পিরৈয়ে। ইপি নিংখেম মুবীশিংগা চুম নমহনা শিন্নরময়ে। সনা থৌগনবনা মী অমমম চাকস্বা ৫ শেনাক ১০ অসি হাপ্পা সনা থৌগন তৌয়ে। মশিন শিল্লোন্দি সনা কাগোক অরেনবা লারুপাক অসি পিয়ে। কয় বিচারনা লুপাক ঙাকয়ে।

শেনাক খনবগী শিল্লোন

সনা খোঙলেংলবদা পোঙপৈ-ফমদা সনা থৌগন তৌগদবদি পানা শেলুংবনচিংবা শেনাকী শেস্তক শেনখা মাঙওইননা শেনাক খনগনি। হিদাক ফানবা শেলুংবা অয়াম্বা, অনামশঙ হঞ্জবা, খোঙ শেলুংবা অয়াম্বা অসিনা ওইরম খল্লগা কমখৌ নিংখৌ অম্বাম্ববু কৌশিল্লে। সনা য়াথং বা হায়বা হৌরবগা সনা য়াথং লৈতনা বা হঙ্গৎফদে। সনা মাঙদা কা-পানা চাবা, লৈ-চিনবা, নাপ্প চীক্লা বা ঙাঙনবা, লোন্না বা হায়নবা য়াদে। অসিবু তৌরবদি খোগন্নচিংলিবা শিল্লোন কায়বা কৌরে। অসি খৈবিকমক শেলুংবনা য়েংয়ে। শেনাক শোয়রবদি [1]কয়দা শুময়ে।

নিংথৌ শেনবগী শিল্লোন

নিংথৌশেনবগীদি শেলুংবা অহুম্না লাই পান্নয়ে। পিবাগা মথংগা অনীমানা শেনগদনে। জাং ফত্তবা ভুরৌ চারৌ ফত্তবনা থুতৈশেন নাকশেন লানফরোই। অঙম্বনা কৌশিন্দনা চঙফদে। নিংথৌদা বা হংদনা বাকংফদে। চহী কুম্‌া শুদবনা ফম নাইহৈদে। পাখং লাকপা বাহালাকপা

১ কয়দা শুম্বা=বান্দ শঙদা থম্বা।

অনিমানা হিদাকশুংবা, মৈকাপ্পি শেম্বা, শামুশঙ য়েংবা, পেরে খোংবা, শিংকা না-কানা হৌনা পুংজাউ য়ৈবা, অসি পান্নৈয়ে। লৌরুংপুরেনস্থ ওইনৈয়ে। নিংথৌ শেনবগী মশিনদি অরাঙবা, ফৌরুংবা, থাংশা-পাম্ববা, পাইজ শূবা, হিরু হিনাউবা, তংখাই উরুংবা তংখাই থুমজাউরুংবা, হাউবা নাহা পুরেন অসি ওইনৈয়ে। মরোল অমদি নিংঙেল থুমজাউরুংবনা পানা ৪ মকী অবা অনা পুইয়ে। অমদি সনা খোঙলেঙলবদি কয়রোয়না নিংথৌ শেনবগী থৌগনশঙ কৈরুংবা য়ায়েকশঙ, শঙ অনিমা শারময়ে। য়ারেকশঙগী মমাংদা কয়রোয়না লম-থাঙয়ে। চাকম্ পোংতি লোইনা পুইয়ে। যাকুপ লুবাক, কোনপূ-লুবাক, সনাচিন শুনা পুইয়ে। য়াকুপ্তি শঙ্গাই-শেনবা হিচাংনা পান্নৈয়ে। য়াকূপ লুবাক, কোনপূ-লুবাক শঙ্গাইশেনবনা সনা পুথম, সনা তেঙ্গোং সনা লুকমাঙ মরোয় পুইয়ে। সনা থৌগনপোং অয়াম্বা মফম মফমদা নিংথেম নুবীদা পিগনি।

নিংথৌগী লৈমলেন্না শেম্বা লৈনচিংবা লুবাক্তি সনা শম অকেনবা, শম থাউ লৈথাউদা হাপতুনা কৈদানা মনুংদা শিন্নরমগনি।

ফি ফিরোয়দি লাল্লুপ চুপ্পা য়ারেকশঙদা থমগনি। লাল্লুপ নুমিত্তা ফিরুংবীদা শিম্মগনি। অমরক কারকপনা ফিরুংবিদগী লৌথোক্তুনা লাল্লুপ চুপ্পা সনা থৌগন তৌগনি।

নিংথৌ শেনবগী হৌনরকপা অমনা পানা অমমমদা ঈশিং য়াফি অনি অনি, ফি অহনবা ২ মৈথৌয়াফি ৪ অসি হাপয়ে।

শেলু বনচিংবা য়াফি অহন্দি ফম্মাং চঙয়ে। মৈথৌ য়াফি ফম্মাং-মৈ পাম্নেয়ে। শেষ্টক শেনখাফরোইয়ে। খুংতম মরোয় ৩ মা অসি লৈয়ে। য়ারেকশঙদি অহিং ফম্মাং মৈথুং তাবগুম্না মৈ মুংফদে অসিগী মরম্না শেলুংবনা নত্তনা মী অমনা য়ারেকশঙ ফৈম্বৈ ফমফদে খংও। করিগুম্বা সনা পুক্ক-তৌহন্নিংবা থৌ লৈরবদি শেলুংবা অহন্না লমজিংপুরেন ঙইবস্তু য়াই। অমদি পানা ৪ মানা লাই-পাম্নবা ৮ তমপাকয়ুম থৌগন ৮ অসি চংলে।

শঙ মাপলগী লোয়ন শিল্লোন

লাইশঙ থৌগন তৌবা শঙলেন মাপনমক্কী লোয়ন থৌগন শিল্লোনদি লাইগী তৌনগী মপোক মুমিং থোক্লবদা অথেনপোং থিনবদি ৩ নে। শগোনশঙ, শামুশঙ, দোলাইরোই অচানবা, হিদাক ফানবা, লৈমনাই, নিথৌ নাই, পোংশংবা লৈমনাই, পোংশংবা নিংথৌনাই, থোঙশংবা মাপলমা অসিনা থিল্লে, লাই তাইনৈয়ে।

অমদি খরাই মনা পানবদি কয় বিচারনা থিল্লে। থৌদাবদি নিংথৌ শেনবনা থৌদায়য়ে। থৌগন ঙাইবশঙনা লাকথোংদা ফমথনা থৌগন ঙাইয়ে। য়ুথক য়োরবগা শঙ্গাই শেনবনা ফম্মাং য়োনা কৌশিল্লেয়ে। অমদি নিংথৌনা সনা খোংলেংতুনা লাই তৌনগী ইছে শক্ক য়ারেক্কবদি চাকম্‌পোংত্তি কয়না পুইরে। য়াকুপ্তি পোং-শঙবনা পুইয়ে। য়ারেক্ক্‌বদি মরোয়না পুইয়ে। সনা কৈথেন্দি লৈকাইনা পুইয়ে। কম্বিদি বিচারনা পুইয়ে। তরেং শেন্দি নিংথৌ শেনবনা পুইয়ে।

পাউখোনলোয়গী শিল্লোন

থৌগন পাউখোনলোয়শিংগী লোয়ন শিল্লোন্দি নিংথৌ সনা য়াথংনে, লৈমলেনগী য়াথংনে অনি-মাবু মকোক থোংনা য়াগদবদি ইপিশিং, নিংথেম-ময়ুবীশিংনা হাউমচাদা হায়দোকনি। হাউমচানা কৈদাদা হায়-দোকনি। কৈদানা নিংথৌ শেনবদা সনা য়াথং হায়দোকনি। নিংথৌ শেনবনা কয়রুংবা য়ারেকশণ্ডদা থাগনি।

কৌবা মী হায়গে—নিংথৌগী মচা অহনবু কৌবা সনা য়াথংদি লৈমশেনবনা কৌয়ে। মচা ইংভোশিং মনাউ ইংঙ্‌শিং কৌবদি পোংশংবনা কৌয়ে। ইবুংশিজ অয়াম্বা কৌবদি হিদাক ফানবা শণ্ডলেন্না কৌয়ে। অতৈ অয়াম্বদি হিদাক ফানবা লৈমনাই থোঙ অসিনা কৌয়ে। শণ্ডপাম্নবা অতৈদি মশিঙ অনিনা কৌয়ে। অহল লম্মন লাইওইবশিংবু কৌবদি অরাঙবা কয় বিচারনা কৌয়ে। অমদি অহল্লুপ লাইফমগী শেলুংবা অহল অনিমক্না তাংখুন ১ কবুই ১ অনিমানা চায়য়ে। নাহারুপ থাবম অনিমাস্থু শেলুংবা অহল অনিমাস্থু তাংখুল ১ কবুই ১ অনিমা চায়। শেলুংবা নাহাদি কবুই ১ মনা চায়ে। নাহারাকপা পাখং লাকপদি কবুই ১বু মী ২ মা য়েন্নেয়ে। অম্বয়া সনা থৌগলগী মনা ফংজেয়ে।

অমদি লূক কংপগী লৈরঙ শাই। লৈবাক্তি লৈকাই শণ্ড-শারোইনা লানশিল্লে।

লৈমশেনবগী লোয়ন শিল্লোন

মৈদিংঙু সনা হাক্তুঙদি লৈমশেনবগী লোয়ন শিল্লো-নদি সনা খুদৈশেন, সনা কাশেন, খুজেং খুজাই সনা খুদোং, তোংজৈ উতোং, শেম্বক শেনথা, মৈস্থু, চেগপ, হিদাকখাউ, ফিদা, ফিদক, মোগুম-মোস্তেক, ফি-য়োই, লুবাক ময়োই গুনা হাপ্পা, দোলাই পোৎলোই ফিদা ফিদক অগুবা, খোংখুম, খুদোল খোংউপ অয়োনবা. শেনপোৎ হাপ্পা শকয়েং মিংশেন, হৈজ্রাং, কাতি, খুজিম্থাং, শমজেৎ, য়েক্তুম, অসিপুম্বা থল্লে।

সনা থোৗগল লৈমলেনগী শিল্লোন্দি লৈমশেনবা শেলুংবা অহল নাহানা পাখংলাকপা, নাহালাকপা, অসিনা সনা থোৗগল খুৎপাই খুদোং হোংয়ে। পোয়োং লৈখেৎ য়াউয়ে। লৈমশেনবনা কোক লু-নবা য়েনশিল চললে। অসিদি শঙলেম্মে।

শেলুংবগী পোৎচাদি

শেলুংবগী পোৎচাদি খোংজোং, পায়েংবা, থঙ্গান অসি পাম্নেয়ে। মখাম্না য়েৎকোম্নেয়ে, । খুনখুনা ওই-কোম্নেয়ে। অনিমা অসিদি লৈময়েন শিদবি লাইগী লোইনে, ময়ম অসিদগী লৈমলোই কৌয়ে। কয়দগী ফৌ চাংকোং অমা চায়য়ে শেলুংবনা ফংজৈয়ে। অমদি নিংথৌশেনবা য়াফি অহম্না লৌপরি ২ থুম ১০ ফংজৈয়ে। শেনাক্পা লৌ পরি ১ শঙম ২ ফংজৈয়ে।

শঙ্গাইয়েন শঙবগী শিল্লোন

শঙ্গাইয়েন শঙবগী লোয়ন শিল্লোন্দি থোঙশং মৈরি-ঙবীনা সনা য়াথং লৌহুনা ফম্মাং চংলগা মৈরিঙবীনা ফৈদাদা হায়দোক্কনি। ফৈদানা ফম্মাং চঙলো

হায়বদা শঙ্গাইরেন শঙবনা নিংথৌ শেনবদা ইয়াম্মা নিংথৌ শেনবা! ফম্মাং চঙলো হায়ত্নুনা তাক্কদবনে। থৌগন চাকস্থু তাক্কদবনে। শঙস্থু শঙগদবনে। কয়না মখোয়দা শুমজিৎ, য়েন্দাই, চেংজামলুক, বাই অসি কৎলে। বাইদি খোঙ শেংনবনে।

সনা খোঙলেঙলবদা কম্বীনে, মৈকোংনে, চেগপ্পে,[১] মিংখল্লি অসি পুত্নুনা ইল্লে।

কয়রুংবা য়ারেকশঙগী শিংলোন

কয়রুংবা য়ারেকশঙগী লোয়্‌ন শিল্লোন্দি সনা থৌগন তৌবদি সনা খোঙলেঙবদা অকাবা কয়রুংবনা শঙপান্নবা অয়াম্ববু শিন্থাইয়ে। সনা থৌগন ফংয়ে। য়ারেকশঙদা সনা শেকপিন্নচিংবা অয়াম্বা থময়ে, শঙ্গাই শেনবনা সনা পেনচিংবা সনা থৌগন তৌয়ে। সনা চোঙ শেকপিন খাল্লে মাগী মাগী শিন্থা কায়দনা তৌহল্লে।

শঙ্গাই শেনবা হিচাং কয়রুংবদি য়ারেকশঙদা কায়য়ে। সম থোক্লা য়ারেক্লবদি সনা থৌগল কয়রোয় পুন্নমা লোইনা ইল্লে। শঙ্গাইশেনবনা য়াক্রু লুবাক পান্নেয়ে। য়োকলেন থৌদা পান্নেয়ে। শঙপান্নবা পুন্নমাদা থৌদাইয়ে। শিন থাইয়ে পান্নেয়ে। অমদি চীংলোই তমলোই পুন্নমাদা লোই মকোক হাপয়ে। পোৎ থৌগ-ত্নুনা শঙলাঙমৈদা চল্লে।

কয়রুংবগী কয়কা কয়রুংদি য়ারেকশঙদগী ফংজৈয়ে লাইগী মচং শিন্না অঙম্বা ওইরিবশিংনা দোলাই লেং অপুম্বা য়েন্নত্নুনা

---

১ মিংখল্লী=মাইখল।

তোংয়ে। মীকোক চীঙলোই তম্‌লোই শুনা কাহল্লে। মীকোক শীঙলেপ হায়বদি লাইরিক্‌ য়েংবা, হঞ্জবা হিদং অনিমক্কা লেপয়ে। মীকোক মাঙকদে। লোইপোত্তি সনা পুকৈদা শরুক ২ কংলে। লমচাবনা শরুক ১ ফংজেয়ে। কয়কুমদি সনা পুকৈদগী ফংজহল্লে। লমচাবা চঙবদি খুনবি চারমদা অহল্‌প লাইফমগী অঙম্বনা চঙযে, ময়াইলমদা নাহারুপ খাফমগী অঙম্বনা চঙয়ে। হিংজাংনা ফম্মাং চঙয়ে। মপান থোক্লবদা মোম্‌ম মোস্তেক, মোনপাক. মোনচেপ, ফিদা পুত্তুনা কয়রুংবা মরোইনা থাইয়ে. অমদি লোইপোং লমপোং পুম্নমা কয়রুংবা মরোইনা থাইয়ে।

অমদি নিংথৌ শেনবনা কৌবা শঙদি ফৌরুংবা, লৌরুংবা থুমজাউলুংবা, হিরু হিনাউপান্নবা, হুইরোই, থাংশাপান্নবা, পাইজ-শূবা, অরাঙবা শঙ ৯ মাবু কৌয়ে। নিংথৌ শেনবনা কৌবনে। শঙ অতৈ অয়াম্বদি হিচাং শঙ্গাই শেনবনা কৌয়ে।

কয়রুংবা মরোইগী শিল্লোন্দি হিচাং চোঙথানবনা লাকথোং-দগী হৌনা সনা চোঙ থাল্লে। শেকপিন থানজেময়ে। কোন্নুংগী মপাল থোক্লবদা কাংহাইনচিংবা পোৎশঙবনা কয়রুংবা য়ারেকশঙদা শিন্নেয়ে। কয়রুংবা য়ারেকশঙদগী কয়রুংবা মরোইনা লৌতুনা থৌগন ফিদা থললে। থৌগন ত্তৌবা লোইরবদা শমলাংমৈদা পুশিন্দুনা কয়রুংবা মরোয়না শিন্নরময়ে। কোন্নুং মন্নুংদগী পোৎ-শঙবনা থৌগন ফিদা থল্লে। সনা হুলাই, শগোল, শামু, পুং পেরে, শিংকা, হাউনা, চুঙ, ফিরাল মোইবুং পেনা অসিনচিংবা

পুম্নমা সনা খোঙলেংগনি হায়ত্তনা নিংথৌ শেনবনা হায়দোকয়ে। লাইশীদি হিচাং শঙাই শেনবনা চেয়ে। কৌবা চংপদি চৈরাক য়ারেকশঙ ২ না ফৈদাদা চংলে অত্তৈনা কৌবা চঙ্ঙে।

ফৈদাগী লোয়ন শিলোন্দি ঘি থাউ পায়ে। ইকৌ থোয়ে শীড থাঙবা, লায়োয়, পৌবান্দোং পাইরয়ে পূদেল শঙগোম য়াললে। থামরন থূম কেগাম, য়াইকম য়াই। কাইবী চিকানা তৌবদি থাউমৈ দোশিগী লশিং তকয়ে। লুক কংপগী চগুম শেংয়ে। অথেন-পোং থিল্লে। মীয়ামগী থোগন চঙয়ে, য়াম শুইয়ে। কারক্লবগা চেংক্লেন পুদে কুমত্তনা চায়য়ে।

ফৈদাগী লোয়ন শিলোন

লানমীগী লোয়ন থোগন শিল্লোনশু হায়রক্কে। সনা থোগন থোঙলেঙলবদা চুঙ, ফিরাল, তেন লীক্লং থল্লে। অহিংদা মৈবুল থল্লে। কাক তানবদা কাকফম শেময়ে। য়ারেকপনা সনা খোঙলেঙলবদা হারিগা লোয়ননা চংলে। অয়োকপা চঙমিন্নয়ে অতুগী মনাদি য়াইথোপাং চায়য়ে।

লানমীগী লোয়ন থোগন শিলোন

লাইরিক য়েংবগী সনা থোগন শিল্লোন্দি সনা থোগল ফম্মাং চঙতুনা লাইরিক থল্লে। নিংথৌনা পোংপৈফমদা থোক্লবদা মুকফূ শীঙহুম, নিঙোই থল্লে। মীগী লৈবাক্তগী লাইরিক লাক্লবদি লাইরিক পাইয়ে।

লাইরিক য়েংবগী শিল্লোন

সনা নাকোং তারবগা লাইরিক অতুগী মরোল খন্নহুনা সনা য়াথং অমরক লাইরিক ইহল্লে। মীরৈপাক্তা অমুক পিশিল্লে। মীরৈপাক অমনা লৈবাক থুহুম চনগে নাওনা পিরকপা লাইরিকপু লাইরিক মরোল্লা পাউ চৎনৈয়ে। লাইরিক য়েংবগী লাইয়োণ্দি থোংনাং লিশিং চাইবগী মহুংনে। থাংজিং হারমদি পানথোনে অপানবনে। কৌক্রু হারমদি অপানবা শিল্হোংনে। অসিনা মশীল পিজৈয়ে। মুকফু, শীওহুম, নিঙোই সনা থোগন হঙবা হিদং অনিমানা ঙাইহুনা খল্লে। হঙবা হিদং অনিমা মফম হাপ্লিয়ে। লাইগী মমিং খংনা তাইবং পানবা মপুনা তৌহন্দুনা মফম নাইহল্লে। অহুঙৈ মথৈ ফম্নাইবা কৌনরকয়ে। সনা খোঙলেঙলবদা মতম খঙনা সনা থোগল তৌয়ে। অমদি তথেল লম্বু, ময়াং লম্বু, তেখাউ লম্বু অসি পান্নেয়ে। নিংথৌগী মচা মনাউ ফম্নাইবনা শা-লান চৎলবদা চৎমিন্নেয়ে। মুকফু, শীওহুম নিঙোই পুইয়ে।

সনা থোগল মীশিল চঙবদি কয়রুংবা য়ারেকশঙ চৈরাক, হিদাক ফানবা, পোৎশঙবা, হিরু হিনাউবা অসিনচিংনা সনা থোগন চঙহল্লে। অতৈ অয়াম্বদি চংহন্দে, কৌক্রু হারমদি কোইরেংনা লেং ঙইনৈয়ে। খুনবি চারম চাহল্লে। লৌ পিজৈয়ে কোইরেঙৈদা তাহল্লে। থাদা থাংজিং হারম তুরেল বাংমদা কৌক্রু হারমনে।

কয়রোইগী পোৎনাদি

লাইনিংথৌ থাগেম্বগী সনা হাকথক্তী চৎনরকপা কয়রোইগী পোৎনাদি লম লমা থগাই কাপ ১ ছুই ১ রায় ১ খুদোল ১ অসিনা চৎনৈয়ে। তিংশাংগী পোৎনাদি পান চি ১ য়াংকোক ১ লোং ১ চেংচামলুক ১ শুমজিৎ ১ উরোং শুমজিৎ ১ রাইঙং পোন ১ শিং পোন ১ পান পোন ১ মুশুমফি ১ অসিনে।

নিংথৌনা ফম্বাল কারবদা খুম্লাকপনা পুখম অমা লুপ্লাকপনা তেঙ্গোৎ ১ পোৎপূ তাঙবা ৮ মা অহুমফি ৮ নাইথুন পুম্নমানা শেনচা মঙা নায়ৃয়ে। ওক থাই। হাউজোংবদা য়ু কৎলে।

নিংথৌনা শিরবদা তৌবা শিলোন

নিংথৌনা শিরবগা পানচি ১ না শীঙপোৎ অমা কৎলে। অঙ্গ্রোগী পোৎনাদি পানচি অমনা ফাগং-লম ৬ শামষ্লৈয়ে। লাল্লুপ অমদা থরুং ৮ [1]নায়ৃয়ে। কূ'হ পান-ক্বা য়েন্‌থৎ নায়ৃয়ে। ফম্বান্দা শাকুক্বান ফুয়ৈ-চৈ কৎলে। মরাদা রাহয়ু কৎলে। ওক থায়। শিতেক শীয়েংদা খুনলাকপনা পুখম অমা লুপলাকপনা তেঙ্গোৎ অমা খুন অয়াম্বদি শেন চামঙা নায়ৃয়ে।

লৈমলেনগী মী ২ না ফি অমা নায়ৃয়ে। অপানবিগী মী ৩ না ফি অমা নায়ৃয়ে। ভু অয়াম্বগী মী ৪ না ফি অমা নায়ৃয়ে, অঙ্গ্রোগী পোৎনাদি অসিনে।

---

[1]নায়ৃয়ে=পুথৎনৈয়ে।

মোইরাংগী পোৎনাদি শঙলেন অমনা মুণ্ডমফি ২ নায়রে। খুন অয়াম্বনা শরেং ভাতাই ১৫ নায়য়ে। হেন্তাক চফু ১৫ লমচাবগী ফৌপোৎ ১৫ হাউখিবদা মী ১ না শেন ১০০ মী ২ না ভান্নু ১ হেন্তাক চফু ১ পৌভা ১ ভমু কাংকোৎ ১ চিনওক ১৬ নে।

শিভেক শীয়েং ফম্বালদা খুল্লাকপনা পুখম ১ লুপ্লাকপনা তেঙ্গোৎ অমা লাইরেন লাকপনা তেঙ্গোৎ ১ লাইরেন হিদংনা মুণ্ডমফি ১ পাখং লাকপনা মুণ্ডম ফি ১ নাহালাকপনা মুণ্ডমফি ১ থামু কৎলে। শিতেক শীয়েং ফম্বালদা মী ১ না শেন ৫০০ অসি নায়য়ে।

চাপোক লৈমলেনগী মী ২ না ফি ১ নায়য়ে। অপানবিগী মী ৩ না ফি ২ নায়য়ে। ভূ অয়াম্বীগী মী ৪ নচিংবনা ফি ১ নায়য়ে।

সেকমাইগী পোৎনাদি লমচাবদা ফৌপোৎ ১৫ কৎলে। লাল্পুপ ১ দা খরুং ৮ কৎলে। ওক থায়য়ে কালৈ নায়য়ে। লমতাই হৌভাইবদা য়ু নায়য়ে। শিতেক শীয়েং ফম্বান্দা খুল্লাকপনা পুখম ১ লুপ্লাকপনা তেঙ্গোৎ ১ খুনগী ময়াম্বা শেন ৫০০ নায়য়ে।

চাপোক নাউশংদা লৈমলেনগী মী ২ না ফি ১ নায়য়ে। লংলোইদি মী ৩ না মুগা খন ১ লংয়াই খন ১ পানগং খন ১ কৎলে। থামু কৎলে। চাবোক নাউশংদা লৈমলেনগী

মী ২ না ফি ১ অপানবিগী মী ৩ না ফি ১ ভু অয়াম্বিগীদি মী ৪ না ফি ১ নায়য়ে।

চৈয়াক ম্নারেকশঙগী কক থাইয়ে। শিতেক শিয়েং ফম্বান্দা খুল্লাকপনা পুখম ১ লুপ্লাকপনা তেঙ্গোৎ ১ খুনগী মীয়াম্না শেন ৫০০ নায়য়ে।

লারোয়দি লান্নুপ ১ দা লা হৌয়ে। ওক থাইয়ে। থাম্নু কৎলে। হাউরৈমা মপাম ওইয়ে। শিতেক শিয়েং ফম্বালদা খুল্লাকপনা পুখম ১ লুপ্লাকপনা তেঙ্গোৎ ১ খুনমী অযাম্বা লা কৎলে। থোৌথোক খুদিং লা কৎলে। শজি মউন কৎলে। মুকথ্রুবি কৎলে।

ইরৈমগী পোৎনাদি শিঙলেন ১ না থা১ দা শেন ১৫০০ ভাম্লে। ভাচা পোত্তা শঙলেন ২ না শরেং পৌভা ১ থাংজি কাংপোৎ ১ ভমু কাংপোৎ ১ চিনওক ১০ হাউথিবদা মী ১ শেন ১০০ মী ২ না শবেং পৌভা ১ হেন্তাক চক্নু ১ ভাম্নু ১ ভমু কাংপোৎ ১ থাংমৈ থৌরি নায়য়ে। কোংব্রন কৎলে।

শিতেক শীয়েং ফম্বালদা খুল্লাকপনা পুখম ১ লুপ্লাকপনা তেঙ্গোৎ ১ খুনমী অয়াম্বনা শেন ৫০০ নায়য়ে। চাপাক নাউ-শংদা মী অমনা থাংজি ১৫ চিনওক ১৫ শরেং পৌভা ১ শেন ১০০ অপানবিগী মী ১ না থাংজি ১০ চিনওক ১০ ভমু ১০ মী ২ না শরেং পৌভা ১ মী ১ না শেন ৩ নায়য়ে।

ভু অয়াম্বীগী মী ১ না থাংজি ৮ মী ৩ না শারেং পৌণ্ডা ১ শেন ৫০ শীঙনাং, মৈরা শীঙ বায় ৫ নায়য়ে।

উরোয়দি থা খুদিংগী উ য়ালগে। মৈ থৌরি কংলে। য়াংঙ্‌, কুমফিদি কাইরং কংলে। হামেঙ চাউরেন নায়য়ে। চাইরেন্না লাল্লুপ ১ দা কম্বি ১৫ নায়য়ে। কাইরং কংলে। লাল্লুপ ১ দা কুহি পরি ৫ নায়য়ে। মনাহি নায়য়ে।

শুগ্‌না থা ১ দা উচান পরি ৫ নায়য়ে। লমচাবগী মী থা অমদা পরি ১ শিতেক শীয়েং ফম্বালদা হঞ্জবনা পুথম ১ হিদংনা তেঙ্গোং ১ খুনগী মী অয়াম্বনা শঙলেন ১ না উচান পরি ১ চাপোক নাউশংদা লৈমলেনগী শঙলেন ১ না উচান পরি ১ ভু অয়াম্বীগী বায় ৬ নায়য়ে। কুহি নায়য়ে, হামেঙ চাউরেন নায়য়ে।

বাংঙ্‌দি শিতেক শীয়েং ফম্বালদা খুল্লাকপনা পুথম ১ লুপ্লাকপনা তেঙ্গোং অমা খুনগী মী অয়াম্বনা শেন ৫০০ নায়য়ে। চাপোক নাউশংদা লৈমলেনগী শঙলেন ১ না থাংজি ১৫ শরেং পৌণ্ডা ১৫ অপানবিগী থাংজি ৮ ঙমু ৮ চিনওক ৮ মী ২ না শরেং পৌণ্ডা ১ নায়য়ে।

নুংমৃদি শিতেক শীয়েং ফম্বালদা হঞ্জবনা পুথম ১ হিদংনা তেঙ্গোং ১ খুনমী অয়াম্বনা শেন ৫০০ চাপোক নাউশংদা লৈম-লেনগী কুহি পরি ১ অপানবিগী দায় ৬ নায়য়ে।

কৃমফিগী পোৎনাদি শীঙলেন ১ না ফৌপোৎ ১৫ লমচাবা ২ দা ফৌপোৎ ৩০ কাইরংসু নায়রে অচাপোৎতি মী ২ না শরেং পৌঙা ১ থাংজি কাংপোৎ ১ ঙমু কাংপোৎ ১ চিনওক ১০ মী ১ না শেন ১০০ হেন্তাক চফু ১ মী ২ না শরেং পৌঙা ১ ঙমু কাংপোৎ ১ শিতেক শিয়েং ফম্বালদা থুল্লাকপনা পুখম ১ লুপ্লাকপনা তেঙ্গোৎ ১ মী ১ না শেন ১০০ চাপোক নাউশংদা লৈমলেনগী মী ১ না থাংজি ১৫ চিনওক ১৫ ঙমু ১৫ শরেং পৌঙা ১ অপানবিগী মী ১ না থাংজি ১০০ চিনওক ১০ মী ২ না শরেং পৌঙা ১ তু অয়াম্বীগী থাংজি ৮ ঙমু ৮ চিনওক ৮ মী ৪ না শরেং পৌঙা ১ অসিনে।

কোঙয়াংগী পোৎনাসু মথক্কী অসিনে।

ককচিংগী পোৎনাদি থৌগন অমা থাইজা ২ থৌম্মি অমনা থাইজা ৪ সোইয়াইনা থাইজা ২ থাগী পোৎনা ওইয়ে। শিতেক শীয়েৎ ফম্বালদা থুল্লাকপনা পুখম অমা লুপ্লাকপনা তেঙ্গোৎ অমা অসিনে। পুথি নিংথৌনা নাই ১ মী অয়াম্বদি মী অমনা থাইজা অমা নায়রে। চাপোক নাউশংদা লৈমলেনগী মী অমনা থাইজা ১ নায়রে। অপানবিগী মী ৪ না থাইজা ১ হামেঙ চাউরেন নায়রে। ফম্বাল থাঙ শাইয়ে।

ময়াং নিংথৌনাই লোইপোত্তি মী ২ না ফি হৈরী-মকু ২ অমা পুমঙৌ ১ অদুগা তরুক্কা নিংথম মরোয় ১ লিমোন কৎলগনে। উতিগী লফু-চনাম কৎলে। মী অমনা কোনপ্রেক কাংপোৎ ১

কৎলে। মেরাদা শরেং ভাতাই নায়য়ে। কুম খুদিং নাই কৎলে। শগোল, শামু, শাঁউ, মৈতাল, দোলাই অসি খল্লে। লমচাবা খুদিংগী অয়োকপা মঙা পিল্লে। শোয়রোয় চঙয়ে। খোইরুংঙে। নুংঙৌ পুইয়ে। লাইগী থায়য়ে। কাংঙা খায়য়ে, ভামু থায়য়ে ভামু য়োকয়ে। ময়াং লোইনাইস্নু হল্লে। খুমলোইদি থোদোক খুদিংগী খুম কৎলে। হামেঙ চাউরেন নায়য়ে। [1]শামন খুম নায়। কয়দি শঙলেন অমনা ফৌপোৎ ৩০ নায়য়ে। খোইজু, লফুচনাম, উরোং শুমজিৎ, য়েন্দাই, চেংজামলুক, খরাইপাক অসি কৎলে। খোইজু লৌরোং পাউদমনৈ। [2]ফৌথিনচাক কৎলে। [3]মতান্নক নায়। লৈমলেন্না ॥ লমকৃম্বদা কয়–নুবীনা দোলাই পুই। লমচাবনা ফৌ চাং কোং ১ চায়য়ে। হন্নাই, হেস্তাক-লা কৎলে। চাপোক নাউশং, শিতেক শীয়েংদা, ব্রাঙোন্দা চঙয়ে। কয় ভন্নমকী পোৎনাদি অসিনে।

চোথেগী পোৎনাদি পানচি অমনা কয়রেন ফি ৪ খোইদিং চাং ১ কুন্না পোৎ ১ মেরাদা চাক, খুরুম, ফিজুপ ১০ ফিজুংইন ১০ মিৎলং ২ মাইলং ২ চাক পাউদম ১ পাউদম ১০ কুরেক চারন ২ শুমজিৎ ১০ ছুইত্রি ১০ লোং ১৫ দাবু নাশিখাউ ১৫ শাইরুক ১৫ লুবাক ১৫ চেংবোন পু ২, চাবোক নাউশং লৈমলেনগী নী ২ না ফি ১ শিতেক শীয়েংদা নিংথোগী তূ অমমমগী

---

১ শামন=শামরা। ২ ফৌথিনচাক=ফৌপুরকপা কাংবুসী চানবা চাক। ৩ মতান্নক =শিনলুক। লমকৃম্বা=অরাপ্পদা চংখোকপা

( ইবেম্মশিংগী ) ফমলূপ মতুংইন্না নাই পিয়ে। নিংথৌনা ফম্বাল কাবদা মী ২ না ফি ১ নায়য়ে।

লাংতেলমগী পোৎনাদি পানচি অমনা ফি ৩ নায়য়ে। থোই-দিং চাং ২ নায়য়ে। লয়রী, শগাং, লিতান খুন অহুম্মক্তী পোৎনাদি অসিনে। সাইপুম, নুংকোৎ, অরূক, পানশাং, থোংশাংখুন শিংকাপুং, খুনশিং অসিদি খুন অমমম্না কয়রেন্দা মী ২ শনশঙ নায়য়ে। মেরাদা শনশঙ অমা নায়য়ে। খুনবিচারমদি পানচি অমনা ফি ৪ নায়য়ে। থোইদিং চাং ৩ নায়য়ে। লা পোৎ নায়য়ে মেক্রুক নায়য়ে। ফম্বাল রাঙ্গোন্দা মী ২ না ফি ১ চাবোক নাউশংদা লৈমলেনগী মী ২ না ফি ১ মেরাথাগী চাক, খুরুম, ফিতুপ ১০ ফিতুংইন ১০ মিংলং ২ মাইলং ২ চাকপাউদম ১০ কুরেক-চারন ২ গুমজিং ১০ নায়য়ে।

ময়াইরম আইমোন্দি পানচি অমনা ফি ২ থোইদিং চাং ২ মেরাদা চাক খুম, ফিতুপ, ১০ ফিতুংইন ১০ মিংলং ২ মাইলং ২ পাউদম ১০ কুরেক চারন ২ গুমজিং ১০ চাকপাউদম অমা ফম্বাল শিতেক শীয়েদা খুনবিচারমগা অন্নানে।

তাংখুল থক্কী পোৎনাদি লশিং পোন খুম ৪ হানবা পোন ১ শোথাং পোন ১ শাংখাপাক ১ হিদাক পোন ১ হামেঙ চাউরেন নায়য়ে। মেরাদা চাক খাপাক ১ শিং থোইপাক ১ নায়য়ে কৈথেল ঈয়াংনৈয়ে। লমচা-লমবুনা চায়য়ে। কয়রুংবদা

থুন ১ না শেন লথা ১ কৎলে। থুন অপিশানা লিশিং ৫ কৎলে। শঙ্গাই য়ুমজাও শারগা য়ুমথোং য়ুমথোং নায়য়ে। শিতেক শীয়েং ফম্বাল রাঙ্গোন্দা মী ২ না ফি ১ নায়য়ে।

তাংখুল অবাং লুপ্তি লশিং পোন ১ শিংপোন ১ হবাই পোন ১ নায়য়ে। ঈথম, মোস্থৌ, কৈহৌ, উমংথুন ৪ মক্তি হবাই, হিদাক, থাপাক নায়য়ে। চমতে কৎলে। মেরাদা লুক কৎলে। লমচাবদা ফি কৎলে। ফম্বাল রাঙ্গোন শিতেক শীয়েংদা নায়য়ে।

মরিংগী পোৎনাদি লোইচাউদা কুম্না পোন ১ কুম ১ দা য়োং ২ কুম ২ দা য়োং ৩ য়োং ৪ নায়য়ে। মী ২ না লৌয়ে থাঙপন, মুরোক পোন ১ থাঙলেন মরু কৎলে। মরুদি অপানবীনা চায়য়ে। কৈথেল লোইকৎতি মেরাদা পোনগী মতুং-ইনবা পোন মম্বংদা থাঙ হাপ্পুনা কৎলে। হৈমাং পোলাং কৎলে। থাঙ অমা কৎলে। ফিমুনা যোময়ে। হামেঙ চাউরেন কৎলে। শঙ্গিলাং থোয়ে। কুমঙ্গেপ্পা লোই থৌয়ে। শস্তুগী লম্বী শেম্নবা উতু শীঙজং ১ লৈফাল য়োং ১ ফিমু নমদা কুপ্পবা ১ ময়ুং মা-নবা তেঙ্গোং অচৌবা ১ শঙ্গাই য়ুমজাউ শাবদা য়ুমকাবদা তৈরিবোপ, শিংথা কৎলে। কংলা শারবগা শেরি কৎলে। শিতেক শীয়েং ফম্বালদা মী ২ না ফি ১০ কৎলে। নিংথৌগী লৈমরেন্না মচা পোক্লবদস্থু অসিনে। থুম্না মুরোক পোন ৫ য়োংপুন ১ নায়য়ে।

খোইবুদি পানচি অমনা কুম্না পোন ১ লশিং পোন ১ পোম্বক পোনথা মাম্নবা নায়য়ে। খোইদিংস্থু পোম্বক পোনথা

মান্না নায়ে। শিং পোন ১ কাংহু পোন ১ পোন মতুংইনবা লীহৌং মপাক ১০ পকয়ে। পাউদম য়াইঙং হাবৈ অমা, শিতেক শীয়েং চাপোক নাউশংদা মী ১ না ফি ১ নায়য়ে।

লুহুপ খুন্দি পানচি অমনা লশিং অয়িন অয়াই পোন ১ শিংখা পোন ১ নায়য়ে। থোইদিং চাং ১ শিতেক শীয়েং ফম্বাল নাউশংদা মী ২ ফি ১ নায়য়ে। হামেঙ চাউরেন নায়য়ে।

মকেং থঙ্গালদি পানচি অমনা ফি অমা নায়য়ে। মুরা-থেলবা, তুম্নৌপোকপি, ময়াঙথাঙ, থুম্ময়োল খুনৌ, পুম্ময়োল খুলেন খুন ৫ মাদি মীয়ুম নায়য়ে। তোকপা খুন, থোনম্বা, নোংক্ষৌ, চাঙৌপুং খুন ৪ মাদি কুম লেপ্পা নাই কৎলে। লাংকাদি খোইরু নায়য়ে। শামু পুক্লি নায়য়ে। দোলাইগী চারী নায়য়ে। মখুই লাম্লোইদি চূঙ ইঙেল কৎলে। মথান খুলেন, মথান খুম্নৌ, ২ মা অসিদি খুম্নৌনা মেরাদা মীশিং থৌয়ে। মথান খুলেন্দি তেনচৈ কৎলে। লশিং পোন ১ কৎলে। থোইদিং পোন ১ কৎলে। কুন্নাম্বু পোন ১ কৎলে।

কবুই চীংমাইগী পোৎনাদি পানচি ১ না লশিং পোন থন ৫ না হাপ্পা পোন ১ কৎলে। থোইদিং পোন ১ হিদাক পোন ১ মুরোক পোন ১ কৎলে। কুন্নাগী ফক পাউতম ৫ লশিংগী ফকতম্‌ ৫ লোইশন থৌয়ে। শিতেক শীয়েঙ ফম্বালদা নায়য়ে। শঙ্গাই য়িমজাউ শারবগা শেরি শেনচাউ কৎলে। হৈরিবোপ কৎলে।

লাইরম চীংশাংদি [১]চিংজিন্দা ফক ৩০ নাপু ৩০ ফক পাউদম ৫ নাপু পাউদম ৫ লাইরম নুংঙৌ চেল্লে। শিতেক শীয়েং ফম্বালদা মী ২ না ফি নায়য়ে লৈমলেনগী মচা পোকপদস্থ অসি নায়য়ে। খারম চীংশাংদি পানচি ১ না [২]চীংজকু পোন ১ নায়য়ে। লৈমলেনগী মচা পোকপদস্থ নায়য়ে। শম্লাংমৈ থোয়ে। মকাশাং, ফাইরোং ২ মাদি পা-না কংলে। খারমস্থ, লাইরমস্থ শিতেক শীয়েং ফম্বাল বাঙ্গোন নায়য়ে। লৈমলেনগী মচা পোকপদস্থ নায়য়ে। য়িমথোক য়িময়েংনৈয়ে। কুম অমা নৌ কংলে। য়িমথোং য়িমথোংগী য়িময়েংদা ফক কংলে। শঙ্গাই শারবদা শেরি শেনজাউ কংলে। মেরাদা হৈ পোনফাং, ফিমু কংলে। শনচি লাংমৈ থোয়ে। চাবোক নাউশং ফম্বালদা মী ২ না ফি ১ কংলে। হিদাক হৈ-রা কংলে।

ময়োন খুন্দি মী ১ না থোইদিং চাং ১ কংলে। শিতেক শীয়েং ফম্বালদা মী ২ না ফি ১ নায়য়ে।

মোনশাংদি মী ১ না থোইদিং চাং ১ পোনথক পোনখা নায়য়ে। শীতেক শীয়েং ফম্বালদা লৈমলেনগী চাপোক নাউশংদা মী ২ না ফি ১ নায়য়ে। পানচি ১ না উচানস্থ নায়য়ে।

পুরুম নিংথৌ নাইদি পানচি ১ কাইরেন কাইফি ১ ১ নায়য়ে। ফিদেন ২ নায়য়ে। থোইদিং চাং ১ হিদাক পোন ১ ফি পাউদম ৬ শিতেক শীয়েং ফম্বালদা চাপোক নাউশংদা

১ চিংজিন্দা=নোং চুরবা মতমদা। ২ চিংজকু=চীংজউ মনা অনোবা।

লৈমলেমগী মী ২ না ফি ১ নায়য়ে। অনানদি পানচি ১ না থোইদিং চাং ১ উচান শূক ১ হিদাকপোন ১ পোনখুম শেন লখা ৬ হামেঙ চাউরেন নায়য়ে। শিত্তেক শীয়েং ফম্বালদা মী অনিনা ফি ১ নায়য়ে। ইয়েং, কাংচুপখুন, কারাখুন, কোনশাখুন—খুন ৪ মা অসিদি হিপান থোয়ে। থোরী পয়া কংলে।

নাং·াকপা, কবুই অনৌবা, ইচুম, মুংবা খুন ৪ মাদি নোংমৈথোক কংলে। থোরী কংলে। পয়া কংলে।

মকেং খুনগী পোংনাদি শরামথাউ, যেন্ন-খং, পুইল মানবি, মুকথবী কংলে। শিত্তেক শীয়েং ফম্বালদা লৈমলেনগী চাপোক নাউশংদা মী ২ না ফি ১ কংলে।

লাফোক শারমগী পোংনাদি ভাইখোং পোংলেন ৩ নায়য়ে। অসুম্না নয়ু লাইয়িংথো খাগেম্বা সনা মহাকথক্কগী হৌনরকপা লৈবাক পানবগী বাহৈ লমচৎ থোগন লাঙ্গন মথৌ শিল্লোন ইনা শঙ পান্নবা পুম্নমাগী মাগী মাগী থোগন ফিজেৎ বাহৈ অঙম অথৌ পুখ্রন নোংথোল ফমথৌ নিংথৌ শংলাক কয়রুং পুম্নমাগী ফমফম চাকচা পুম্নমাবু ময়ু থোইম্নম শাইওনথোক নোংদা লাইগী মতমগী মথং হুইথ ময়ুরোল লাইনিংথৌ কংলৈমপুগী চৎলমদি অসিনে হায়রবগী মতুং ইন্না চৎন-মথং কায়হন-দনা মথৌ মশিন শিল্লোনবু নাইথিয়ে। শিল্লোন অসিবু কায়দনা চৎকনি।

মৈদিংঙু
চিংথংখোম্বা
সনা হাক্কী
লোয়ন-শিন্নোন

মৈদিংঙু লোইনাই চিংথংখোম্বা সনা হাক্কী মৈতৈ সনা লৈবাক্কী অঙম অথৌ পুখ্রন নোংথোন ফমথৌ নিংথৌ শঙলেন পুবা পূন্নমাগী শিন্নোন্দি মন্নু লাই-য়িংথৌশিংগী হৌন লমচৎ কায়হন্দনা চৎলবগা নমু মীয়াম মৈতৈ পূন্না মশীঙ হেল্লবগী থৌরম মশীঙ হাপ্না শিন্নোন ইনা থনম্লে।

করাদগী ময়াঙনা নূং পুইরে। ঈক্লবা নৈতান্দি লাল্লুপ অমদা নূংঙৌ চাং অনি কৎলে। ঙমু চিনগুক তন্না ঙা চাং তন্নাবু লাল্লুপ অমদা ওক্লেয়ে।

অন্ত্রোনা ইচুমফু তন্না সেকমাই খানা চফু তন্না থৌবান্দোংনা রাইতয়ফু তন্না ইরাইফু তন্না চাং শুন্নু লোম্বা ঙাংখ তাল্লে। শীঙ তাল্লে। খামরন্না কেগাম থুম শোইনাইয়ে। অরাঙবনা মী হাপ্পেয়ে। অরাঙবনা অহিং নোং শোয়নবা থাউ তাল্লে। কয়রুংবা য়ারেকশংদগী নূং য়াম্নবা থাঙ, য়োৎসু পিয়ে। চেগপ খাবৈ, য়োৎকি খাংমৈ, য়োৎ, য়াংকোক, শুমজিৎ, ইথুম-ফি, মোইথাপ, মেন্না হাউজোংবদা চূঙ, টা, অসি তাল্লে।

লান শন্নবদা
ফম্বাল কাবদা
পিবা পোৎনা

নিংথৌনা শা-লান চৎলুবা হাউলান নাক্লবা হল্লক্লবগা ফম্বাল কারবদা ফম্বাল নাই ফংজৈয়ে। ফম্বালফি থয়থবম্ব ফংজৈয়ে। লাইগী, নিংথৌগী শুন্নু চল্লে। হঞ্জবা, হিদং, নাহালাকপা, পাখংলাকপাগী লাল্লুপ অমমমদা নূং চাং অমা ফংজৈয়ে।

*হিদাক কানবা শঙলেনবী লোয়ন-শিরোন*

হিদাক কানবা শঙলেনবী লোয়ন শিরোন্দি সনা ভাংবল য়াউনা লাকপোংদা ঙাইয়ে। লানুপ মুমিং ৭নি শুরবদা নিংথেমমুবীনা হিদাক চুহি পায়রদুনা হিদাক শুইয়ে। লানুপ মুমিস্তা চল্লে। তিকিস্ত্র শাইয়ে। চেং মেকক ৩৩ শীঙপোং অমমমগা ভাল্লে। হিদাক কানবী হুজবীদা ঙাহক চল্লে। মৈ চক্ষু অয়োনবা পূইয়ে।

*নিংথৌ শেনবগী শিরোন হারা*

মিংথৌ শেনবনা লাকখোংদা কমদুনা সনা খুদোং মহী হোংয়ে। খুৎপাই খুদোং থল্লে। সনা খুদোং মথোঙ মথক খেৎলবদি শেলুংবা য়াউনা শঙলেন্দা চঙদুনা লংলা য়ুংনা খেংকনি। খুৎস্ন খুৎলাই কমদা থমগে। চেংকূপ বাইকুপ ভাল্লে। কম্বী, খোইরু থাউমৈ কয়রুংবা য়ারেক-শঙদগী ভাল্লে। মথোঙদি পোৎশংবদগী ভাল্লে। মঙক তেংনাদি কংলানা চল্লে। পোরোং লৈখেৎতি য়াউয়ে। পাঙল ইংখোনগী হিদাক, চুহি, হয়াই, আফিং লৈ, মরোইমরু পূম্নমা নায়য়ে। শেংপা চাবদি চবোম লুংবা, ঙারুংবা, থুমলুংবা, পলুংবা অতৈদি অনৌবনে। চেঙশঙ থৌবান্দোং তিল্লি ফুরৈরেগী মশীমে। লাঙ্গোন হিদাক কংলে। থাজনা উথম হিদাক কংলে। চন্দ্রখোংনা থুমলংবা চঙঙে।

*লোইকমগী পোৎলা*

লোইকমদি অনাল ভাংখুলনচিংবা মথৈ লমচাবা চংয়ে। ভাংখুল থারুপ অরাংলুপ অনিমানা হিদাক মৈথু কংলে। ইরোং মরান, খুনখু, মপাউ, ইরৈমা লৈমলেন, অভিংঙা শিদবা শিদবী অনিমকী লোইনে।

লমচা লম্বু চঙকদে লোইকোকনে। কারাখুন, কাংচুপখুন, খুনতোং খুনলেন অসিদি লমচা চিংয়ে, হিদাক ফানবা মচা মওদি নিংথৌ মচা মওদা খনকদে।

<u>অনাল নানফোনচিংবদি</u> হিদাক কংলে। নাইথৈ চম্ভে। চরাইথোং লেকয়ে। খোগাল চাক চামখে। মাপুং থোংনা তম্মোইদি য়িহালাই সেকমাই, খোইরেন খুন, চকপা, ফয়েং, কৌক্রক্তি নম্ভে। য়াইকোক, সোইচা কামেংগা, অম্রোগস্থ নম্ভে। চন্দ্র-খোং, নিঙেল, শিখোং, য়াইখোং, থমখোং, পলেন, ককচিং-লাংঙথেল অসিনে।

**তানৈয়বগী লোয়ন শিল্লোন**

তানৈয়েবগী লোয়ন শিল্লোন্দি পুংজা যৈয়ে। তিনথুং লাইথুং লাইপু শলাই য়েংয়ে। য়াইপুং য়াইশেন য়েংয়ে। অসি অনা মী অননা মাই হায়ববু য়েংনদে হায়বগী খুদমদি চৈরাক্কা য়ারেকশঙনা কৌহুনা য়েংহল্লগা মখোয়না হায়রবগা মচিল চংলে। য়াখৈশেল ১০০। ১০০ ফংজৈয়ে। লাই পাখংবা থৌনিবদা থয়োম লাকয়ে। সনামহি য়াবা য়ুমথোং থুদিং চঙনা শেন খায়ত্নুনা মৈরাংনৈয়ে। নিংথৌনা থাউ পিহুনা মৈ মুৎহলদে। সনা খোংলেঙলবদা পুংজা পুইয়ে। অয়োকপনা উতুপ মৈরা পিয়ে। থৌখাংশঙ শাইয়ে অরাঙবনা থাউ খুম অমা পিয়ে। অশি অনা চম্ভে। পোৎ-লোইবা য়াউদে। নিংথৌনা পাৎ অমা পিজৈয়ে। তাংখুনম্মুং পিজৈয়ে। লাই ভীন অনিমাগী চাকচা পিজৈয়ে। লাইনা

ভীন্না চায়রে। লাইরম তীরম খঙনা নিংথৌনা তৌহল্লে। পূংজা কাবহন্দনা তৌহল্লে।

মাইবশঙ অহন্মকী লোয়্‌ন শিন্নোনদিঃ—য়োইয়েন শঙনামুংদা লাইকম তিনকম লিঙখৎকনি। পোং লাক্কনি। লাইতিন শঙচনগনি। অছেব লোই-শঙনা লাই তিন ২ মকী লাইচং তিনচং খঙনা লেংথোগনি চৈশ শকনি। মাইবা লোয়্‌শঙ মথাংগী মমিং খঙনা লাইশোন তিনশোন চুম্না খঙনা নাহৈগনি। চুকশা নোংখেমলবগা কোনচন ময়াইচনগনি।

মাইবশঙ ও গী লোয়্‌ন শিন্নোন

পাংচ-শলাই লোয়্‌শঙগী চংন শিন্নোন্দিঃ—লাইদি মুপীনে। মুপীনা বায়েল তৌগনি। লাইগী থাঙ থানগনি, শঙ ৪ অসিদি অমত্তুনে খঙও। চুপ ৪ মকী মমিনে। মীফা মীপূনহৈদে। মরিমকী মীদি তানয়েবনে, পেনা খোংবনে ২ মাদি মমিনে অসিস্থ নাহৈদে। লাই ৪ মাদি দোলাই ওইনৈয়ে। [1]কোনলোয় পাবোং পাং কোন থুমখোং লোনৈয়ে। লাই মনাইনচিংবা অয়াম্বা তৌনৈয়ে সনা খোঙলেংলবদি মাগী মাগী থোগন মশক খঙনা খঙনা তৌহল্লে। মরমদি মাইবশঙদি লাইগী শঙনে। লাই লৈয়ে। লাই ৮ শুনা লৈবনে। অসি লৈবনা মাইব শঙলেন কৌনবনে খঙও। অদুগা পাং বামোন হায়রিববুস্থ মাইববুনে। অছেব

পাংচ-লোইশংগী শিন্নোন

১ কোনলোয়=লৈফম শঙ।

শওনা ভিন্নুপ্পুন্‌ য়োইন্না লাইক্লপনে, মুপীনে। অসিনা মুপী নিপা ২ মাগী মশীন মাবগী মমা মুপীন্না লোংলিয়ে। নিপানা উপ্পিয়ে য়েংও—লৈবনে। চৈরাওবা মুনিতা চৈরাওবা লোইরবদা লৈবাক নিংথৌ মমা চেংনবা হায়রনা পুক্তা নাইচা ২ না অওবা অথৌবা শাচিং লানচিং, শওলেন লাকপা, কয়রুং শেলুং, শখান, চৈবাকী ইওোশিং. পুথ্রন, নোংথোন, অওৌপানবা লাইনচিংবা পাংচা অমা ২ অছেব য়োংযেন শও ৪ মরুচিংনা শও-পান্নবা অয়াম্বা নিংথৌগী পোওবৈকমদা কমহনা চহি অমগী কও-হৌথিবা চওদনবা লাই থুনদিন থুন মেলহনগদবনে। [1]লাই ৫ মরা মাইবরোন ৫ মরা থরাই ৫ গা মীগা থানা ৯ মকপু ভুংওাই মরাং কায়মনবা হরাউ তয়াম্বা পান্নবা লাইগী ভিনগী মেন্নুনা মুমিং ৩ নি ৫ নি ৯ নিগী য়েংনা লোইগদবনে। পুক্লিং হরাউনা নিংথৌনা নোংলোন মেনগনি। নিংথৌগী লৈমলেন্না লয়রোল ৯ মাবু ভাইগনি। মুপী নিপা ২ মা হরাউনা শান্নগনি। থৌচং ইচংকরোইয়ে। লৌচং শীওচং—ক্ররোইয়ে হায়বা খওও। মী অহু অনিমক্তা চওনা লৈরবনে। মী অহু অনিমক্তগী মচারবনে।

কোংবা লৈথোং ফাংপা কৌবদি লাইনা থাই। অনিমক্তী ফওবরু কাংতোক্লনা লয়রোন ৯ মক্তা চওহন্নে হায়রবগীদমকপু লৈথোঙ ফাংপা কৌয়ে।

---

[1] লাই-মাইবা।

শজিত্‌ লৈথুম কুনবা হায়বদি লাইনা থা ১২ মঙা কর্বা লাই হিংলাবা। অমত্তু অহোংবা কায়কুনা তাইবং মী নমু পোং করবদা চঙলি হায়বনী শজিত্‌ লৈথুম কুমথং মেন মেনবা কৌনা মথিং থোনবিরে। লয়রোম ৯ মঙা কাউবদি থুমিং থোকপদগী তারুবা কাউবত্‌ কাওরে। অসিগী মথক্তা নিংথৌ ৭ মকী মথক্তা ভপ্বা য়াইনিংথৌ নিংথৌ অথোইবা কৌনা লাইনা মমিং থোনবিত্নুনা লেকপিন মথোল ৯ ওনা থাম্না কমদোংহন্নুনা লৈবাক মরোল ১৪ থাবু থুত্তা থুম্না পাপকরে। অসিনা নিংথৌ অপানবত্‌ তাইবং মীনা কিনা থম্লিবনে।

কৈদাগী থৌগল শিন্নোন্দ্বি কৈদানা সনা থৌগল নকশিল্লবগী কৈদাদি শঙপান্নবা পুন্নমক্তা ইয়াম্বা কৌয়ে। কৈদাদি ইয়াম্বা কৌবা চত্তে, মরম্নাই লৈরবদা কৌগনি, চংকনি। নিংথৌমচা অঙম অথৌ নাক্তা কৈদানা চঙকদে।

কৈদাগী থৌগল শিন্নোন

নিংথৌগী লৈমনা লমথোকপদা কয় নিপানা লোলাই পুইয়ে। কৈদানা কোঙ্গিল পায়য়ে। পাখং লাকপা, নাহালাকপা অনিমা-নাচিংনা মনিংদা চংলে। ফম্নাং চঙলবদা। "নিংথৌ অথোইবও। য়োইবুনাই ননাইশিং সনা থৌগল হৌনবা য়ারী লীনবা, পেনা থোংনবা সনা থৌগল অয়াম্বা চঙলকয়ে" অম্মুম হন্নংকনি অম্মুম পাউ তাকয়ে।

ফম্মাং চঙবদা [illegible]! [illegible] মিংতি ইমিংননে অহিং মিংতি নমিংননে উচেক বাম্মা য়াবা খোঙেল হৈও নমিং ননাকোং শিংও হায়না পাউত্তাকয়ে।

ফৈদানা অহিংদা কোম্মুং চঙলবদা লৌচৈ মতোম্মা লৈবাক্তা খোরো খোয়ো লাউনা মখোংলহুনা কৈদা চংলি হায়বা খঙহনগনি।

নিংথৌনা ফম্বাল কাবদা তৌগদবা

নিংথৌনা ফম্বাল কাবদা হঙবদা চকথাং থানগনি হিদংনা ইনচম থনগনি। পাখংলাকপা, নাহালাকপদি মৈবুল লৌচৈ পায়না খনগনি। অঙম অথৌ লৈবাক্কী ইপুশিংনা চংবদা ফৈদানা মমাংদা চংকনি। লৈমা নিংথৌনা পা-না চাবদি ফৈদাদা হাম্না পিজগনি। মতুংদা ফমথৌ নিংথৌশিং মথং মনাউ খঙনা খঙনা পিজনি। ফৈদা হঙবদি ফিবোং ফিদা কাশেন মমাংদা ইম্না পুইয়ে। হমাই থাঙ, থাউথাং পুইয়ে। দোলাই তোংয়ে। লাকখোংদগী হৌনা মৈরা থাম্লে। চাকচাদি মবুথৌ সনামহিদগী থুম ১ চায়। হিদংদি কাশেন মমাং ইম্না পুইয়ে। চাকচাদি অচৌনবিকৈদগী ফৌ চাং কোং অমা চায়রে।

পাখং লাকপা নাহালাকপা অনিমক্তি ফিদা অশংবা পুইয়ে। কাশেন নাকন্দা য়েপ্পা পুইয়ে। পোংচাদি ইংখোন অয়াম্বা পা-নৈয়ে। পাংঙন ইংখোলগী হরাইদি ফৈদানা খোম্মা চল্লে। শঙ অমা শাত্নুনা লাইরিক পায়বগা খঙমিন্নেয়ে। কৈথেল অয়াম্বনা রা লান থোক্লবদি লাকখোংদা রায়েন তৌনৈয়ে। অমদি কোম্মুংগী

লোইবু য়োইদৈ [illegible] [illegible] দু [illegible] বাখি বামাং খোল্লবদি লাকখোংদা বাখি বায়েল তৌনৈয়ে। কৈদাদি খোদা ইগ্না তৌহ্‌দে। নামুঙনৈয়ে। লাইরুপনে খঙও। হৈরুক খোইরুংবা, হিরু হিনাউবা, ইরুংবা, বারুংবা অসিন্‌হ্‌ মিংয়েং চঙয়ে। কৈথেল ৩ গী লাইরুক মাইখঙনদা কৈদানা য়েংহনগনি। য়েংনা বায়েল খঙনা খঙনা কাইথোকনি। মবুখৌ মমু লাইনিংথৌ সনা হাকথক্তা খা অরাং কৈথেল অনিমা পুথোকয়ে। মমু নিংথৌরেন কিয়াম্বা পোং নিংথৌ খিখোম্বা ময়োম ওইবা অনিমানা কাঙপোকপি খোংনাংবু অরাং কৈথেল লাইতিনকোন্দা পুথোক্লা থময়ে। কৈথেল ৩ মাগী মমিং ৩ বু অনিমানা শূপ্না লৈহনখিরে। অসি লৈবনা খোংউপ ফিরুপ হাপ্না য়াদে হায়রিবনে খঙও।

---

লোইরবা।

